# শক্তি সঞ্চাল স্বং জ্ঞান



স্বামী শিবানন্দ

আর কে, এস, মিত্র

# শক্তি, মঙাল অমসুং জ্ঞান

( সর্ব্বশ্রী স্বামী শিবানন্দ )

আর, কে, এস, সিংহ

অফোঙব
ল্যাং কেঃ একঃ সিংহ
দি ডিভাইন লাইফ সোসাইটি,
ইম্ফাল ব্রাঞ্চকীদমক।

সত্ত্ব পুন্নমক :
দি ডিভাইন লাইফ সোসাইটি,
ইম্ফাল ব্রাঞ্চকীনি।

অহানব ফোঙব — ১৯৭২
কপী মশীং — ১,০০০



মমল লুপা ৬'৫০

# থাহৈ অমতং

—:(*):—

লাইরিক অসি জগৎগুরু সর্ব্বশ্রী স্বামী শিবানন্দজিগী "লাইট, পরার এণ্ড বিজ-ডম"হায়ব লাইরিক (কুম্থ্রানিথোই শুব ইডিসন) অদুগী মৈতৈলোন্দ পুথোক্লব হোৎনবদ ওইব শকক্ষম অদুনি। মসি ভারত অমস্তুং মীরৈবাক্কী লোল কয়াদ হন্দোক্কনুন ফোঙনগ্রব লাইরিক অমনি।

লাইরিক অসি ফোঙবদ মতেঙ ওইনবগীদমক মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগন শেলগী মতেঙ খর পীবিবগী-দমক থাগৎচরি।

লাইরিক নম্ব অমস্তুং প্রুফ পাবদ শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ অমসুং গীতা প্রেসকী মেনেজর শ্রীওইনাম মঙ্গি সিংহ ভদ্রলোক অনিন য়াম্ন থাবিখি মদুগীদমক উক্ত ভদ্রলোক অনিবু থাগৎচরি।

বনানগী মতাংদ মতাই "আকার" খর লৌথোকচরে অদুবু য়াওক্ষম থোকপ "হসন্ত" কয়াস্থ খুদোং চাদবদগী য়াওজদ্রে। পাঠকশিংন শেমদুন পাবিবদি য়াব অরানব কয়া য়াওথোকপ্রে। অদুগ মরু ওইন থাহৈদ লানব খরদি অরানব চুমথোকপ হায়ব লামায়দ হাপচরি।

অরানব পুন্নমক ঙাকপীগনি।

আরঃ কেঃ এসঃ সিংহ।

# অহৌবগী ৱাহৌল

লাইরিক মচা অসি বর অমনি। মসি নঙগী ফুরিৎ-খাউগী গুরুনি, খূৎ-চানরব মরূপনি, হকচাং কনখৎনব হীদাক্নি অমসুং নৌরব শাজেনি। নঙন খ্বাইদগী খুদোং-চাবদু লৌজনবগীদমক শিংলব শিবানন্দগী মৈ হৌরব ৱাহৈশিংদু অনিশুদ্রব লনগৈ অসিদ য়াওরবনি। ৱাহৈ খূদিংমক নঙোন্দ অপা-ননা ঙাঙব ঙাক্কনি।

নঙন পোত্থি, দরকার লৈব, অরুব হিরম অম মায়োক-নরবদি লামায় অমদ হেক্ক হাংদোকউ ; মদুদ নঙগী সমস্যা অদু পূমকোক কোক্কবসু মদুগী লম্বী অমদি শোয়দন ফংগনি। করিগুম্বদ নহাক চিংনব অমসুং নীংব কায়বগী অমম্বন কূপখিদুন কিহল্লকপ য়াই, মতম অদুদ নঙন লাই-রিক অসিদগী খ্বাইদগী কান্নব ফংবদু খঙলক্কনি— লামায় অমদ হেক্ক হাংদোকউ অদুগ মদুদগী থোরকপ মঙালন নীংব কায়বগী অমম্বদু তাম্বোকখিগনি। লামায় খূদিংমক অসি দৈব্য-জ্যোতি, দৈব্য-শক্তি অমসুং দৈব্য-জ্ঞান্ন থল্লব ঙাক্কনি।

অদুম ওইনমক, অধ্যাত্মিকী আশা তৌরিব মহাক অদুন খূৎলোয়রব লাইরিক অসিদ মাগী উরিব মমিত্তগী

হেন্না কান্নবদু খঙগনি। মহাক্ন সংসারগী অমম্ব মরক্ত মহাক্কী লমথুংক্ষম অদু য়েৌনব চৎপ লম্বীদ থেংনব খুদোং-থীবশিংবু লাকশিন্নব মঙালগী দরকার লৈগনি। লেপ্তুন মিৎ-না শিংনবগীদমক, অথেম্ব কয়াবু মায়োক্নবগীদমক অমসুং থৌনা কন মাঙদ চঙশিন্নবগীদমক মহাক্ন শক্তিগী দরকার ওইরক্কনি। মহাকপু অন্নানবদগী কনবিনবগীদমক, অচুম-অরান খন্দোকচনবগী মৈরা অদু ৎাম্ন চাকচনবগী-দমক অমদি মহাক মশাগী অশেংব শক্তম অদু খঙজনবগী-দমক মঙোন্দ জ্ঞানগী দরকাম্ন লৈরক্কনি। পুন্নমক অদু লাইরিক অসিদ য়াওরবনি।

দি ডিভাইন লাইফ সোসাইটি।

# হীরম লামায়

| হীরম | | লামায় |
| --- | --- | --- |

**অহানব পন্দুপ (মণ্ডাল)**

## অনিশুব পন্দুপ (শক্তি)

## অহুমশুব পন্দুপ (জ্ঞান)

## মরিশুব পন্দুপ

(মুঙাইব, কৃপা অমস্তুং অমরগী লম্বীরোমদ)

## অহানবা পান্দুপ

# মঙাল

### নঙন তশেংন ঈশ্বরবু পামব্রা ?

নঙন তশেংন ঈশ্বরবু পামব্রা ? নঙন তশেংন মাগী দর্শনবু খৌরাংজব্রা? অধ্যাত্মিকী খৌরাংবদু নঙোন্দ তশেংন লৈব্রা ?

ঈশ্বরগী দর্শনবু খৌরাংজরব মহাক অদুতন প্রেমবু য়োকখৎকনি। মঙোন্দত ইবুঙো মহাক্ন মশাবু ফোঙদোক-পিরক্কনি। ঈশ্বর হায়বসি নিজব অমসুং পীবিবগী রাকল্লি। কন্নিগুম্ব পুকচেল শেংন ঈশ্বরদ হায়জরব, অদু ওইরবদি খুদক্ত পীবিরক্কনি।

প্রহ্লাদগুম্ব হায়জো। রাধাগুম্ব শকচো। বাল্মীকি, তুকারাম অমসুং তুলসিদাসকুম্ব মাগী নাম শোঞ্জো। গৌ-রাঙ্গগুম্ব কীর্ত্তন তৌ। ইবুঙোগ কায়নবগীদমক অচীকপদ মিরাগুম্ব কপচো। মিকুপ অসিমক্তদ নঙন ইবুঙো মাগী দর্শন ফংগনি।

## মঙাল অদুদি নঙোন্দ লৈবনি

মতম পুম্নমক্ত অচুম্ব চৎলু। অচুম্বগী লম্বী অদুদগী কদৌদৈঙেদসু নমায় ওম্মোরক্কনু। চুম্ন লেপ্পু। থৌনা ফো। অকিব লৈতব ওইয়ু। সত্য-সাধন তৌ। মফম পুম্নমক্ত মসি লাউথোকউ।

অধ্যাত্মিকী লম্বীদ মাঙদ চঙশিল্লু। মঙাল অদুদি নঙোন্দ লৈবনি। ইবুঙো মঙোন্দ নপুক্লিং থম্মু। নাপল অমসুং অপঙববু হান্ত্রোকউ। মরুপ মপাং অমদি সংসারপুম্ব ইচিল-ইনাও ওইবগী রাখলবু য়োকখৎলু। পুম্নমকপু মুং-শিয়ু। নঙন মপুঙফাব পুন্সিহু ফংগনি।

ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিল্লু। পুকচেল শেংন অকনব শ্রদ্ধাগ লোয়নন লেপ্তন হায়জৌ। অধ্যাত্মিক সাধনাগী শক্তিশিং অমসুং লাই লৈ হায়বসিদ লেঙন্দ্রব থাজবন্নু লৈয়ু। অচম্ব অমসুং নোল্লুকপ ওইয়ু। অমর খুবম অদু নঙন ফংগনি।

## পুন্সিগী পারা

সুতিগী অয়ুক্কী পূং ৪দ হোৌগৎলু। নাম কীর্ত্তনগী মওংদ অঙনব অয়ুক্ত নাম শোানবগী সাধনা অদু তৌ। (গোবিন্দ জয় জয়, গোপাল জয় জয়, রাধারমন হরি গোবিন্দ জয় জয়—গুম্ব) নঙন হরিগী নাম শোনব মতমদ ইবুঙো হরিন

নঙগী থম্মোয়দ ফমদুন নঙগী ঈশৈ অদু তারি হায়নস্থ খল্লু।

নিয়ম অম নাইন গীতা, রামায়ণ, ভাগবত, বিষ্ণু সহস্রনাম, ললিতা সহস্রনামনচিংব স্মুতিগী পুংখাই অমদগীন পুং অম ফাওব পাউ। নমা-নপাগী য়াথং ইল্লু। মমল পুন্নমক পীরবস্থ অচুম্ব ঙাঙউ। খজিক্কং ঙাঙউ, অথুম্বদ ঙাঙউ।

অধ্যাত্মিক্কী মৈরি অদু নঙোন্দ মঙাল ফন চাকখৎসনু। নঙন অচুম্বগী লম্বী অসি চত্তুন পুন্সি অসিমক্তদ লাই ফংব হায়বদু ওইসনু।

## অফব তৌ, অফব ওইয়ু

নঙন মতম পুন্নমক্ত, তৌফম থোক্লব থবক তৌবদ নশাদ থবক অদুগী মহৈপাম্বা লৈহনগনু; মরমদি মহৈ পামদন তৌব থবক অদুতন মীওইবন অথোইব খুবম অদু ফংব ঙমই।

অফব হায়ব অসিমক্তন মী অমগী পুক্নিং-ব্রাখল শিনথুংন লৈরবতদ মী অদুদ ফত্তব ভাব স্থকলৈ লৈরোই। অতোপ্পবু সেবা তৌবদ অমদি অতোপ্পগী ফনব তৌবদ নহাক্কী মপান নাইত্রব স্মুংঙাইবদু ফংগনি। ইশাগী ওইজব

থাদোকপগী থবক হান্নবসিদ ময়ামগ মান্নদব, তোপ-তোপ্প মুঙাইব আনন্দ অম লৈ।

পুকচেল চাউথোকউ। নঙগী থম্মোই অদু শেং-দোকউ। ওইজব থাদোকপগী অশেংব ফিদম অদুদ লৈয়ু। মিকুপ খুদিংমক অসি পুন্সিগী লমথুংফম ওইব ফিদম অদুগী দমক শীজিন্নৌ। মদুতদ নঙন ওইজব থাদোকপ থবক্কী অশেঙব মগুণ অদু খঙলকনি। ওইজব থাদোকপ থবক্কী সাধনাদগী নহাক শক্তি চেল্লব যোগী অম ওইসনু। অদুগ নঙন লোম্ব নাইদ্রব, অশেঙব কৃপাগী মুঙাইবদু ফংব ওইসনু।

## নঙোন্দ তৌহন্নীংব অদু তৌ

প্রকৃতিগী মপানথোংগী মওংশিং অসি মরু ওইব নিয়ম অমগী মথা পোল্লি— থোকহন-ওইহনবগী নিয়ম হায়বদি কর্ম্মগী নিয়ম অসিনি। সংসার অসিবু নীংথিন চলাইরিব, মথং-মনাও নাইব নিয়ম অদু মসিনি। করিগুম্ব অমত্তসু চাউরব নিয়ম অসিগী ৱাংমদ লৈতে।

থবক হায়বসি থবক্কী ফলদ অদুম য়াওরবনি, অদুগ থবক্কী ফলসু থবক অদুগী মমুংদ মশান অদুম য়াওজরবনি। হৌফম-মরম অসি মহৈ-ফলগ অমত্তনি। সংসার অসি মরু

ওইব, হৌফম ওইরব নিয়ম অসিমক্ক চলাইরিবনি। নিয়ম অসি হোংব নাইদ্রব, হনব লৈত্রব অমনি।

থবক খুদিংমক্ক নঙোন্দ থবক অচুগ মান্নব শক্তি অমসুং মহৈ-ফল পীরক্কনি। নঙন কনাগুম্ব অমদ অফব খর তৌরবদি থাঙ্গৈশেংনমক নঙন নশাবু তেংবাংজরবনি। মরমদি নশামক নত্তন করি অমত্ত লৈতবনি। “আত্মাবেদম সর্ব্বম” হায়বসি শ্রুতি অমদি উপনিষদশিংন কম্ন লাউরিবনি। ধর্ম্মগী থবক অসিন নঙোন্দ মচুগ মান্নব শক্তি অমসুং মহৈ-ফল পীরক্কনি। মচুন নঙবু হরাউব অমসুং মুঙাইব পীগনি।

## থবক ওইন পায়খৎলু

প্রার্থনাগী শক্তিদি ব্যাখা তৌব ঙম্ব নত্তে। মসিগী মগুণদি হায়দোকপদ ঙমদ্রবনি। পুকচেল শেংলব ভক্তশিংদন মসিগী কান্নব অমসুং অফব মগুণ অদু খঙগনি।

তনচুন ফমচুন লৈথোক্লগ ঈশ্বরন নঙগী নতেং পাংলকপ ঙাইদ্রুন লৈথোক্কনু। থবক ওইন পায়খৎলু, মরমদি মশাবু তেংবাংবশিং অদুবু ঈশ্বরন তেংবাংবিবনি। নঙন হেক ঙম্বমথৈ অদু তৌ, অরেম্বশিং অদু ঈশ্বরদ শিন্নৌ।

ভক্ত, সাধুশিংগী সেবা তৌ। মখোয়গ তিন্নৌ। জপ অমসুং কীর্ত্তন তৌ। রামায়ণ অমসুং ভাগবত পাউ।

নঙোন্দ থুন ভক্তি পোক্লকনী। নঙোন্দ ঈশ্বরগী থৌজাল লাক্কনী।

## অহিংসাবু সাধন তৌ

ঈশ্বরবু ফংজব হায়বসিন পুন্সিগী লমথুংফম্নি। মসি বদৌগৈদম্বু কাউগনু মহাক্কী কৃপাদবু পামজৌ। মহাক্কী দর্শনতবু খৌরাংজৌ। সাধু-সঙ্গ তৌ। নঙন মাবু ফংজগনি।

অহিংসাবু সাধন তৌ। অচুম্ব ঙাঙউ। ঈশ্বরবু থাজৌ। থবক খূদিংমক ঈশ্বর অদুগীদমক তৌ। চোকথব লৈতন সেবা তৌ। মপুং ফাব শ্রদ্ধাগ লোয়নন প্রার্থনা তৌ। পুক্নিং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংগ খংনথোকউ। মখোয়বু ঈশ্বরদ মমায় লৈশিলহল্লু। ইবুঙো মাগ কায়নবগীদমক্ত কপ্প্রু। নঙন মাগী দর্শন ফংজগনি।

নঙগী নখুৎ অদুন মরম ওইদুনা ঈশ্বরন থবক তৌই, নঙগী নমিৎন মরম ওইদুন উই, নঙগী ননান মরম ওইদুন ইবুঙো মান তাবিরি হায়বসি খঙউ। নহাক অহোংব জীব অম ওইরনি। নহাক্কী অনৌব মিৎয়েং অম লৈরম্মী। মঙন মপান নাইদ্রব থৌজালগী মুঙাইবদু ফংজগনি।

## থৌজাল হৈমু

খোইশিংন লৈদগী লৈহি মরিক মরিক তুংশিনবগুম্ব শাস্ত্র খূদিংদগী মরু ওইবশিং অদু লৌশিল্লু। অরেম্ব আশা

অমদি ফজরব রাখলশিং থাদোকউ, অদুগ অমত্ত ঙায়রব ইবুঙো মঙোন্দ চঙজৌ।

পোৎ খূদিংদ ঈশ্বর লৈরিবহ খঙঙ্ । নথা থাবশিংবু থৌজানবিয়ু; মাম্নবশিংগ মরূপ ওইয়ু; নথক থোংবশিংবু ইকায় খুম্নৌ।

বৈরাগ্যগী লল তানশিল্ল্ । আত্মাগী কৃপান নপূক্লিং অদু ঈংহল্ল্ । অপাম্বশিং থাদোকখিদুন ঈংহল্লব অমসুং তত্ত্ব জ্ঞানগী মঙাল ফাওরব পূক্লিং-অমৃত অদুগী মুঙাইবদু লৌজৌ।

## অশেংব মুংশিববু য়োকখৎলু

মুংশিব হায়বসিদি অচুম্ব নত্রগ স্বর্গ নত্রগ পাক-চাউরব, লোম্ব নাইদ্রব্, মুঙাইরব শান্তিগী লমদম অমমক হেক্ত য়োরব লম্বীনি। মসিদি সৃষ্টি অসি য়োকখৎলিব নিয়ম অদুনি। মিরা, তুকারাম অমসুং গৌরাঙ্গবু পুরিব শক্তি অদু মসিনি।

মরম অদুন, অশেংব, ওইজব থাদোক্লব মুংশিব হায়বদুবু য়োকখৎলু। অশেংব মুংশিবদি তাঙলব পোৎনি। মসিবু চা নাইন চাওখৎহল্ল্ । নঙগী অপাম পামদ, মীচং-মীথাই নাইরব ফত্রব পূক্লিং অদু মুখৎলু। মুংশিব হায়বসি অচোব পূক্লিংবু শেংদোকপ অমনি।

লাম্ন থাজব, অশোনব, অমম্বদ-থাজব, অরানব অমস্তুং ওইথোর়রোইদোবশিং অদু থাদোকউ। মুংশিবদ হিংঙ। দিব্য-জীবনবু কম্ন থাজন য়াম্নৌ। অধ্যাত্মিক জীবন ফংনবগী দমক বম্ন, লেপ্তুন চঙশিল্ল। নঙন মপান ৯াইদ্রব মুঙাইব ফংগনি।

## মান্নন য়েংঙু

পুন্নমকপু মান্নন য়েংঙু। কান্নদ্রব, তল্লব ব্রারেমশিংদু থাদোকউ। অশিংব হায়বদু তম্মু। ঈশ্বরগী নামদ হোংব লৈত্রব, অচেৎপ থাজব থম্মু। মাগী নাম শোল্লু। মান পুন্নমক শিনথুংনা লৈরিবদু খঙঙু।

অরুব হিরমশিংন নঙবু অব্রাব ওইহনগনু। অধ্যাত্মিকী নোংশা অমগুম্ন চৎলু। অপাম্বগী শব্দ অদু থুদেকউ। মিন্নুংশি, শান্তি, ঙাকপিব, অব্রানা-খাঙবনচিংব দৈবী শম্পৎশিং অসি চাওখৎহল্লু। নহাক্ত থ্বাইদগী ব্রাংব জ্ঞান অমস্তুং কৃপাদু ফংগনি।

থ্বাইদগী চাউরব, অমত্ত ঙায়রব ইবুঙো মাগী কৃপা ফংজনব লেপ্তুন প্রার্থনা তৌ। মীরমলেনগী চৎনবীগী খেন্নব পনশিং অসিগী ব্রাংমদ কাখৎলকউ। জ্ঞানগী মুমিৎ খোকহন্দুন অপঙবগী লৈচিন অসিবু তাম্মোকখো। ইবুঙো মঙোন্দ অথাকপ লৈতন, পুন্নমক কখোক্তুন আত্মা-সমর্পণ তৌ। নঙন শান্তিগী মুঙাইবদু ফংগনি।

## মিৎয়েং পাকথোকউ।

থবক্ত খমথেংন ফোংদোক্লব পূন্সি অম ওইহল্লু। নঙগী থম্মোয় অদু অকনব, থবক্কী খোঁরাংব অত্তন থলহল্লু। মিকূপ খুদিংদ খ্বাইদগী চাউরব ইবুঙো মাবু নীংশিংঙু।

নশাগী লমচৎ শেমগৎলু। নিংথিব শাজৎ চৎলু। মীনুংশি থংব, নুংশিব, পুকচেল চাউব, থাংব কনব অমস্থং নোল্লুকপ ওইয়ু। নঙগী অপিকপ, অখূব, অপঙবগী পন্নুং অংদগী থোরকউ অমস্থং মিৎয়েং পাকথোকউ। লেপ্ন, নিংথিন, ব্যবহার ফজন ঱া ঙাংউ। পামনদ্রব ৱাথল অমস্থং অপাম্বশিংদু মাংহল্লু।

নঙগী আদর্শ, থাজব অমস্থং নিয়মশিং অদুদ পৃথিবী পুম্বন নঙগী মায়োক্ত লৈরবস্থ লেঙদন লৈয়ু। অচুম্ব লমচৎ অমস্থং চুম্ন হিংব হায়ব নঙগী নিয়মশিং অদুদ থোনা ফন লেপ্পু। গুরু অমগী মতুং ইল্লু। নঙন অথোইব অহুবু ফংজগনি।

## পূম্নমকপু নুংশিয়ু।

পুম্নমকপু নুংশিয়ু। অশেংব ওইয়ু। পুম্নমকপু অত্মা ভাবত সেবা তৌ। নঙগী ইন্দ্রিয়শিংবু মপুং ফান লাকশিল্লু। নঙগী নশামকপু থাজো। অরেপ্প লৈতব ঈশ্বরগী কৃপাবু খোঁরাংজো।

মুপী মুপাগী খেন্নব তৌগনু। নঙন মুপীশিংগ লোয়নব মতমদ "এক শচ্চিদানন্দ আত্মা" হায়ব মন্ত্র অসি শোল্লু। নঙগী থম্মোয়দ লৈরিব আত্মা অতুমক মুপীশিংগী মশাশিংদ লৈবনি। লিঙ্গগী ৱাখল কোকখিগনী। নঙন মথোয়দ লৈরিব ঈশ্বর অতু উগনি।

পূন্নমক্কী মপু ওইব শ্রীকৃষ্ণন থুৎ ময়াম অসিন মরম ওইদুন থবক তৌই, মিৎ ময়াম অসিন উই, নাকোং ময়াম অসিন তাই। ৱাধাগুম্ন শকউ। পোপীশিংগুম্ন মাগী দর্শনবু খৌৱাংজৌ। শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা লাক্কনি। মহাক্তি অৱোইব নাইদ্রব মরুপ অদুনি। মসি কদৌঙৈদ কাউগনু। নঙন মাবু ফংগনি।

## পূন্নমক্ক লৈব নশাতু য়েংঙু

লন-থুমদগীসু হেন্ন তাঙলব অম লৈরি। মুপীদগীসু হেন্ন তাঙলব অম লৈরি। থৱাই ( পুন্সি ) অসিদসু হেন্ন তাঙলব অম লৈরি। অতুদি নঙগী মুংগী মপু, শিব নাইদ্রব অমসুং পূন্নমকপু থৌজ্ঞানবিব মপু অদুনি।

থৌজাল হৈয়ু অমসুং মুংশিব থংঙু। অশেংব অমদি চীংলেম্ব ওইয়ু। থুন্নব মুংশিরব অতু ওইয়ু। নোল্লু কউ। মীমুংশি থংঙু। লাইরবশিংগী মরূপ ওইয়ু। মথোয়গ লৈমিন্নৌ। মথোয়বু সেবা তৌ। মথোয়ন অৱাব তারবদ

থৌগৎপিয়ু। নঙগী পুন্সি অড চম্ন লেল্লু। পুন্নমক্ত লৈব নশাদু য়েংঙু। ময়ামনি হায়বগী ভাব অদু থাদোকউ। পুন্নমকপু মান্নন য়েংঙু।

অকনব ৱাহৈ শিজিন্নগন্নু। অতোপ্পশিংবু নমথেকন্নু। অতনবগী ৱাঙাং অমস্তুং সংসারিক ওইব ৱারেমদ নঙগী পাঙ্গল-শক্তি মাঙহনগন্নু। অপাম্ব পুন্নমক থাদোকউ।

সেবা তৌ, নুংশিয়ু, পীথোকউ।

অপীকপ অমস্তুং অচৌব হায়দুন খেন্নব থমগন্নু। বনাগুম্বগী মশাদ করিগুম্ব অশোকপ লৈরবদি খুদক অড্মক্তদ অশোকপ মফমদু তপ্ন সাপোন নোইথোক-পিয়ু। নঙন অনাব অমগী মুত্তি লৌরব ইবুঙো মাবু সেবা তৌই হায়বড্ খংঙু। নঙগী ইষ্ট মন্ত্র অদুস্তু শোল্লু। কনাগুম্ব মী নত্রগ শা অম লম্বীদ ঈ থোক্কুন লৈরবদি নঙগী মথকথংব ফি নত্রগ ফুরিৎ অদু শেগায়য়ু অদুগ খেঙেজ ওইন শিজিন্নৌ। ৱেলৱেগী কুলিশিংগ খৎনরু-গন্নু। লৈবাক মচা তাব অমদি পুকচেল চাউব ওইয়ু। মতম পুন্নমক্ত ফুরিৎখাওদ পৈশা খর হাপ্পু অদুগ লাইরব অমস্তুং চহি য়াম্নব অহনশিংদ য়েন্থোকউ।

থম্মোয় অসিন শেঙদোক্লবদ পুক্লিং অসি মশায়ন ঈশ্বরদ লৈশিনজগনি। শুদ্ধ প্রেম, আত্মা সর্মপণ অমস্তুং

প্রার্থনা তৌবদগী মথং মথং ওইন ইবুঙো মঙোন্দ পূনজ্জগনি।

## পীথোকউ, পীথোকউ

দান তৌবন পাপ কোকহনব ঙমই। প্রভূ যিশুন হায় "দান তৌবন পাপকী মপৈ কোকহনব ঙমই।" গীতাদ নঙন ফংগনি "যজ্ঞো দানম্ তপস্চচ পাবনানি মনীষিণাম্"। যজ্ঞ তৌব, দান তৌব অমসুং তপস্যা তৌবন জ্ঞানীশিংবু শেঙদোকই।

নশান য়ান, অথিংব লৈতন মরাংকাইন দান তৌহুন মীওইবগী অরা-অনা কোকহনব হায়বসি অতোনব ফঙব কোকহন্নবগী কান্নরব উপায়নি। ঈশিংগুম্ন দান তৌ। নঙনবু দান তৌরবদি পৃথিবীগী লন পূন্নমক নঙগী ওইগনি। নঙোন্দ পৈশা লাক্কনি। মসি হোংব নাইদ্রব, চোকথব লৈত্রব, মুংশিন্নব প্রকৃতিগী নিয়মনি। মরম অদুন পীথোকউ, পীথোকউ।

## মতম পূন্নমক্ত পূক্লিং মকা লান্ন লৈয়ু

নপূক্লিং মকা লান্ন, মুংঙাইন লৈয়ু। নীংব কায়ব অমসুং শুক্তোকপ তৌগনু। নীংব কায়বদগী হেন্ন লোনগনব অম লৈতে। খনথব, লাইগী ঈশৈ শকপ, প্রার্থনা তৌব, প্রনায়ম অমদি অহাংবদ মশা খিঙন চৎথোকপ,

ওম্নতৈনব রাখল হায়বদি অফব-মুঙাইব রাখলন নীংব কায়ব, শুক্তোকপ হায়বন্নবু তাম্থোকখো।

অতোপ্পদ থৌজাল অমদি কৃপা ওইন হিংঙ্ । পুন্নমক অসি থৌজাল অমসুং কৃপা অদু ওইন খঙঙ্ । পুক্নিং অসি অতোপ্প মপানগী পোৎ অমত্ত উহনগনু। পুক্নিংগী চাইথোকখিব শক্তি মঙাল পুন্নমক পুনশিল্লু। পূক্নিং চংবগী শক্তি হেনগৎহল্লু। পূক্নিংন পামদব রাখল অমসুং পোৎ-শিংদ পূক্নিং থিংজিনব তম্মু। পুক্নিংগী অশোনব কয়া মাঙখিগনি। পুক্নিং অসি হেন্ন হেন্ন কনখৎলক্কনি।

## চাশিন্নহল্ল্

নঙন অতোপ্পগী থবক তৌবদ কদৌঙৈদসু রাকৎকনু। থবক্ত মুঙাইব তম্মু । সেবা তৌনবগী খুদোংচাব য়েংহুন লৈয়্নু। থবক হায়বসিদি ইবুঙো মাবু খুরুমজবনি।

মরূপ মপাং ওইব, মুংশিনব, তিম্নব য়াব মীশক ওইয়্নু। মীমুংশি খঙব. চাশিন্নব, নশাবু লাকশিনব, খাঙব কনব, মুংশিব অমদি ঙাকপিব ঙম্ব ওইয়্নু। অতোপ্পগী লম্বী অমসুং লমচংশিংগ চাশিন্নৌ। নঙবু ইকায়ব পিব্রব অমদি নঙোন্দ অকনব রা হায়্নরক্লবদ পুক্নিং ফাজিল্লু। অরাব-মুঙাইব অমসুং অঙৈংব-অশাবদ নপুক্নিং চাং অমত্তদ লৈয়্নু।

কর্ম্মযোগীশিংন জ্ঞান অমস্তুং মঙাল ফংন্নব পুক্নিং ঙসিবু শেম শাই। মসিন থম্মোয় চাউথোকহল্লি অত্থুগ অমত্ত ওইব নত্রগ তিন্নবগী মায়োক্ত লৈব পল খূদিংমক থুদেকই। চিত্ত-স্তুদ্ধি নত্রগ থম্মোয় শেঙদোক্লবগীদমক কর্ম্মযোগ অসি কান্নরব সাধনা অমনি। মরম অত্থুন লেপ্তুন ওইজ্জব থাদোকপ থবক তৌ।

## অচুম্ব চৎলু।

অফব থবক্তুগী মুঙাইব লাকই, ফত্তব থবক্কুগী অরাব লাকই। মতম পুন্নমক্ত থবক্কী মহৈ লৈ। থবক য়াওদন ফল লৈতে। অচুম্ব পাম্ব হায়র্বসিদি ঈশ্বরগী খুয়াদ চঙজবনি। অচুম্ব চৎপদগী পুন্নমক ফংব ঙমই।

রাখল্ল, রাহৈন অমদি থবক্ল জীবশিংবু অরাব পী-রুগন্থু। পীনহৈব অমদি থোজাল হৈব ওইয়ু। নঙগী মিৎয়েং অত্থু পাকথোকউ। মতম পুন্নমকক্ত অচুম্বদ পুক্নিং লুপ্পু। অশাউব, তুক্কচব, অমদি য়েংথিনব তৌগনু।

নঙগী গুরু অমদি অহল ওইবশিংবু নোল্লুক্ল ব্যরহার তৌ। ঈশ্বরবু পুকচেল শেংন, থাজন পূজা তৌ। ফত্তব মীশিং অত্তদ পুকচেল ফজথোকউ। নঙন সিদস্থু আদস্থু কান্নব অমদি মিংচৎ ফংগনি।

## ধৰ্ম্মগী গুণশিংবু য়োকখৎলু।

ধৰ্ম্মগী গুণশিংবু য়োকখৎলু। অফব তৌ। চাং-নাইন ধ্যান তৌ। ঈশ্বরদ থাজন হিংঙ্ । বেরা চেনব ফত্তব রাখলশিং অমদি ওক্তব শাজৎ পুন্নমক পুন্ন মাং-খিগনি।

নঙগী নথম্মোয় অত্থদ অপাম্ব অমত্ত থমগন্নু। পুন্নমক্ত তিন্নব য়াব ওইয়ু। পুন্নমকপু কোনশিল্লু। পুন্নমকপু সুংশিয়ু। তিন্নব য়াব, ওইজব থাদোকপগী পুবচেল অদু য়োকখৎলু। চোকথব লৈত্রব সেবান পুন্নমক্কী থমোয়দ চঙশিল্লু, অদুগ পুন্নমক্ত নশান লৈবদু য়েংঙ্।

মায়ান কৃপ্লব মিং অমস্তুং মূর্ত্তিশিং অসিবু কাউ-থোকউ। পোং খুদিংদ লৈরিব শ্রীকৃষ্ণবু মতম পুন্নমক্ত খংঙ্ অমস্তুং য়েংউ। নঙন অথোইব শান্তি অমস্তুং লোম্ব নাইদব কৃপা অদু ফংগনী।

## শাজৎ ফজৌ।

নংগী অন্তরজ্ঞ্যানগী অয়াম্ব শরুক্তি নশান কাউথোক-প্রব হাকথেংনব জ্ঞাননি। নিংশিংব হায়বসিন অমুক অমুক পুথোরকই। মসি হোৎনদুন পুথোকপ য়াব অমনি। অনৌব শাজৎ, অনৌব রাখল, অনৌব ফিদম, অনৌব

অপাম্ব অমদি অনৌব লমচৎন অরিবশিং অদুগী মহুৎ শিন্দুন নঙগী অস্তরজ্ঞ্যান শেমগৎপ য়াই।

মুম্ন খল্ল্ । রাখল তৌ। মঙাল অদু লৌশিল্ল্। তত্তুন সৎ-সঙ্গ তৌ। স্বার্থ-ত্যাগকী নিশকাম কর্ম্ম তৌ। সাধনা চতুষ্ঠ্য হায়ব মপুঙ ফানবগী উপায় মরি অদু য়োকখৎলু।

কনাগুম্বদ করেম্নরুগন্ । অতোপ্পবু লংনরুগন্। নঙগী ইন্দ্রিয়শিংব্ রারকউ। মতম পুম্নমক্ত মায়থোং মকা লাম্ন লৈয়ু। তুং হন্ন য়েংঙ্ন্নু। নংগী অপাম্ব অমদি অশাউব অদু থৈদোকউ। পোংব-চাউথোকপ হায়বদু থাপ্ন হুন্দোক-খো। মন্নুং হজিন্ন য়েংউ। পেনথোকউ। নঙন অশেংব সুঙাইবদু ফংগনি।

## খাঙব কনবগী শক্তি য়োকখৎলু।

মুমিৎন তারমদাইদ মঙাল পুম্নমক খোমজিল্লগ চং-খিবগুম নঙগী চাইথোক্লব পুক্নিংগী মঙাল পুম্নমক খোম-জিন্দুন খ্বাইদগী চাউরব ইবুঙো মাগী খুয়া থম্বালদ চংজো।

পুক্নিং অসিব্ পেলহনব নত্রগ থৌজানবীব তৌরুম্ন। প্রভু বুদ্ধগুম্ন মুংশিব, নোল্লকপ, অধ্যাত্মিক্কী থাজব অমদি পুক্নিংগী অথোৎপ গুণশিংব্ য়োকখৎলু। অনাববু সেবা

তৌ। অৱাব তারব, নীংব কায়ৱবশিংবু থৌগৎলু, থেম-জিল্লু অমসুং মুঙাইহনবিয়ু। নহাক অশেংব ওইৱক্কনি।

খাংব কনবগী শক্তি য়োকখৎলু। অৱাংব অধ্যাত্মিকী জ্ঞান অচুদ চঙশিল্লু। ইবুঙো মাগী খুয়া থবালদ নপুক্লিং থম্মু। ঙাকপীনব, মঙাল পীবিনব, অশেংব ওইহনবীনব, পাঙ্গল কন্নব, শান্তি অমসুং জ্ঞান পীবিনব প্রার্থনা তৌ। নঙন শোয়দন ফংগনি। নঙন অথোইব মুঙাইবদু ফংগনি।

## চাং তন্ন ৱা ঙাংঙু

হৈশিংন অমদি চেকশিন্ন পূক্লিং লাকশিল্লু। চুন্ন অমসুং শেংন খল্লু। ৱা ঙাংনব ইন্দ্রিবু তম্বিয়ু। থুন্ন, লেন্ন অমদি চুন্ন ৱা ঙাংঙু। চাং তন্ন ৱা ঙাংব মী অম ওইয়ু।

নপুক্লিংদ জীব পূন্নমকপু নোল্লুক্ল খুরম্মু। মফম পুন্নমক্ত ঈশ্বর লৈবদু খংঙু। নাপল তৌব, চাউথোকপ অমদি তৌশিন্নব থাদোকউ। মী অমবু কৈদোঙৈদসু ৱাখলন, ৱাহৈন অমদি থবক্ল অৱাব পীরুগনু। মতম পুন্ন-মক্ত অফব অমদি থৌজানব থবক তৌ। নঙন অথোইব শান্তি অমসুং লোম্ব নাইদব মুঙাইবদু ফংগনি।

স্তুতিগী পুকচেল শেংন, থৱাই য়াওন প্রার্থনা তৌজদুন নঙগী থম্মোইদু ঈশ্বরগ চান্নহল্লু। অচম্ব অমসুং নোল্লকপ

ওইয়ু। লমচৎ ফজবগী সাধনা অদু তৌ। পেনব তম্মু। থরায়গী কৃপা অদু থকচৌ।

## পুন্সিগী মঙাল

শক্তিগী অপাম্ব, পোৎশিংবু মিহৌব ইন্দ্রিয়শিংগী ময়াই কাব, ওইজবথিব, কামি ওইব, লনগী মিহৌব অমস্তুং অতোনব অপাম্বশিং অসিন মীওইববু মশাগী অশেংব অধ্যাত্মিক্কী পুন্সি অদুদগী সংসারিক ওইব পুন্সি অসিদ চিংথৈ। ভক্তিগী নিয়মশিং অসিদ চুম্ন, কন্ন সাধন তৌজ-দুন মান মশাগী মাংগ্রব অধ্যাত্মিক্কী গুণশিং অদু অমুক হঞ্জিনব ঙমই। ভক্তি হায়বসিন মীওইবগী শারমচৎ অসিবু দৈব্য চরিত ওস্তোক্নুন খ্বাইদগী ব্রাংব, খ্বাইদগী ফব থাক অদু য়োৎহনব ঙমই।

ভক্তি চাউখৎত্তুনা নঙবু পুন্সি অসিমক্তদ ঈশ্বরগী খুবম নত্রগ অত্মাজ্ঞান অদু ফংব ওইসনু। অধ্যাত্মিক্কী মৈরিন নঙোন্দ মঙান ফন চাকখৎলসনু।

## নশাগী নরান য়াজ্ঞৌ

দৈব্য জ্যোতি অদু লেপ্তন চাকহল্লু। পুন্নমকপু ব্যব-হার তৌন লোয়নৌ। পুন্নমকপু মান্নব মীৎয়েংন য়েংউ।

জীব পুন্নমক্ত ইবুঙো মান লৈরিবত্থ য়েংউ। পুন্নমক থা-দোক্ত্ন ইবুঙো মঙোন্দ কন্ন চংজো।

ইচম-চম্বদ ইরাই লায়ন ন্নান্নৌব তৌগনু। নঙগী অন্নানবশিং অদু অতোপ্পন তাকপিরক্লুবদি হন্নাউন য়াজো। নঙগী নন্নান পুথোকপিব মহাকপু থাগৎলু। প্রার্থনা তৌ। ইবুঙো মাগী লীলাশিংবু শকচৌ। নহাক লোম্ব নাইদব মুঙাইবদু ফংগনি।

নশাগী জ্ঞান শীজিন্নৌ। মী অমন তানশিনজব ঙম্ব খ্বাইদগী মমল য়াম্ব লন অদু জ্ঞান অসিনি। পৃথিবী অসিদ করিগুম্ব খুদিংমক জ্ঞান তান তৌ। মদুত্তদ, নঙন অপাম্ব পোৎ খুদিংমক অদু ফংনব তানবদ মায় পাক্কনি।

## পীক্লব "অপঙব" অসি হাত্তোকউ

অমঙব নোংন চাক্লিব মুমিৎপু খুমজিনবগুম অপঙব অমস্তুং অপাম্বগী লৈচিন্ন জ্ঞান সূর্য্য ( আত্মা ) বু খুমজিল্লী।

ধ্যানগী তৎপ লৈত্রব মন্নী অদু থম্মু। পীক্লব "অপঙব" অসি হাণ্ডোকউ। অশেংব প্রেম অদু য়োকখৎলু। থবক্কী মহৈ অদু ইবুঙো মঙোন্দ কথোকউ। মহাক্কী কৃপা পীবিনব হায়জো। নঙন লোম্ব নাইদ্রব অমৃত অদু থকচগনি।

অজ্ঞান-নিদ্রা অমদি সংসারিক ওইব অসিদগী মিকপ থোক্লো। নঙগী ন্নাখল অদু স্বার্থত্যাগ অমস্তুং ইবুঙো

মাবু খুরমজবদ ওন্থোকউ। মী পুন্নমক্ত ইচিল-ইনাও ওইবগী রাখল অদু থম্মু। নহাক্ন অথোইব শান্তি অদুদ মুঙাইব ফংগনি।

## ঐন মচুমলে হায়বসি তোকউ

ইচম চম্ব মরমদ রারোব তৌগনু। তিন্নব য়াব, মুংশিনব শাজৎ অদু য়োকখৎল্লু। অতোপ্পন নঙগী অরানবদু তাকপিরক্লবদি মদু য়াজৌ। অরানবদু চুমথোকউ অদুগ মদুবু তাকপিরকপ মহাকপু থাগৎলু। মদুতদ নহাক্ন অধ্যাত্মীক অমসুং ধ্যানগী লম্বীদ চাওখৎকনি।

থল্লু। মনুং হঞ্জিন্ন য়েংশিল্লু। নঙগী অরানবশিং অদু চুমশিন্নব হোৎনৌ। অশেংব সাধনা হায়বদু মসিনি। নঙন নঙগী অশোনব পুন্নমক তান্থোকখিগদৌবনি। কুইরধ ফত্তব লমচৎ পুন্নমক মরি ককথৎনৌ। ঐন মচুমলে, ঐন মরোইরে হায়ব শাজৎ অদু লৌথোকউ।

জপ, কীর্ত্তন, ধ্যান, গীতা অমসুং রামায়ণ পাবদ চাং নাইয়ু। মৌন অমসুং ব্রহ্মচার্য্য তৌ। নঙন অথোইব মুংঙাইবদু ফংগনি।

## অশাউববু নুংশিবন জয় তৌ

অশাউবন হকচাংগী শিংলিগী নিয়ম কাইহল্লি অমসুং মনুংগী পুক্নিংগী হকচাং অদুদ মতম কুইনগী অকনব মমি

তাহল্লি। পুক্লিংগী হকচাং অদুদগী অমুব তেল কয়া কাপ-থোরক্কনি। অকিব ফংলব অশাউব হায়বদুন পুক্লিংগী হক-চাং অদু কম্ম মৈ থারগনি। নঙ হৌজিক অশাউবগী মাং-তাকপশিং অদু খংলব্রা ?

অশাউব পল্লব অনাব অম ওইগনু। ঙাকপিব, সুংশিব, থৌজানবিব, মীনুংশি খঙব, রাখল তৌব অমসুং অতোপ্পগী য়েংবিব হায়বসিন মাবু লাকশিল্লু।

নঙগী নপুক্লিং অদু ইবুঙো মাগী খুয়া থম্বালদ চঙজৌ। নখুৎ অদুন থবক তৌ। সাধনান নঙন মতম অমক্তদ থবক মখল অনি তৌব ঙমগনি। হকচাংগী থবক অসিদি মশা মতোমতন তৌজব, মরনাই থবক অম ওইজরক্কনি। নঙগী নপুক্লিং অদুন ইবুঙো মাগী খুয়া থম্বালদ চঙজরক্কনি। নঙন সংসার অসিদ লৈরিঙৈমক্তদ ঈশ্বরবু ফংজগনি।

## পাউতাক কুন অসি ইল্লু

অধ্যাত্মিকী রা অসি ইচম-চম্ব রারেম অম নত্তে। মসি ইচম-চম্ব ইন্দ্রিয়গী রা অমসু নত্তে। মসিদি থাঙ্গৈশেংন আত্মাদ হিংব অদুনি। মসিদি থোইদোক হেন্দোকপ কৃপাগী হাকথেংনব অদুনি।

অচুম্ব অমসুং অশেংব লম্বী অদুদ লাকউ। অধ্যাত্মিকী পাউতাক কুন অদু চেৎন পাইশিল্লু। নঙগী ধ্যান তৌব

অদু চাং নাইয়ু। খাংব বল্লু। মনুং হজিন্ন য়েংশিনবগী সাধনা তৌ। স্বার্থ-ত্যাগকী থবক খর তৌ। পুন্নমকপু কোনশিল্লব প্রেম অদু য়োকখৎলু। বৈরাগ্যবু য়োকখৎলু। নঙন লোম্ব নাইদবদু ফংগনি।

## চম্ন পুন্সি লেল্লু

চম্ন পুন্সি লেল্লু। নঙগী ব্রাখল অদু ব্রাংহল্লু। ঈশ্বরবু কিয়ু। অচুম্ব ঙাংঙু। পুন্নমকপু মুংশিয়ু। পুন্নমক্ত লৈব নশা অদু য়েংঙু। নঙন তৌথোরকপ খুদিংদ পুকচেল শেংঙু। নঙন পুন্সি অসিদ অমদি ঈশ্বর ফংবদ নমায় পাক্কনি।

করিগুম্ব হিরম অমন নশাবু ব্রাহনগম্মু। মতম পুন্নমক্ত নপুক্লিং মকা লাম্ন লৈয়ু। মতম পুন্নমক্ত নঙগী সাধারন জ্ঞান অমসুং লৌশিং অদু শিজিন্নৌ। মতম পুন্নমক্ত নপুক্লিং অদু চাং অমত্তদ লৈয়ু। নপুক্লিং অদু ঈশ্বরদ ওন-শিল্লু। মহাক্কী নাম শোল্লু। মহাক্কী দর্শনবু খৌরাংজৌ। নপুক্লিং শেংঙু। নঙোন্দ দৈব্য-কৃপা লাক্কনি।

কম্ন লেপগ্রব অচেৎপ আশা লৈয়ু। নঙবু অশিঙব অম ওইহন্নবগী মচাক পুন্নমক নঙগী লৈবনি। নশাবু হৈশিংন শিজিন্নৌ, মনুংদ লৈব অধ্যাত্মিক্কী ইজিন অদু শিজিন্নৌ। থবক তৌ। তপ্ন চৎলু। মৈদু থাঙ্গৎলু। খঙঙু।

## চন্ন লেনব অমসুং ৱাংন খনব

থৌজানবিদুন বেদ অমসুং মন্ত্র শক্তিবু থাজবিয়ু। মুমিৎ খুদিংগী চাং নাইন জপ অমসুং ধ্যানগী সাধনা তৌ। অশেংবা চিঞ্জাক চাও। হেন্ন চাশিনগনু। প্রকৃতিগী নিয়ম ইল্লু। নুতিগী হকচাং শাজেল তৌ। অকক্লব মতমদ অপীব নথৌ অদু তৌ। চন্ন লেনব অমসুং ৱাংন খনব তন্মু। নহাক পুন্সি অসিমক্তদ ঈশ্বর ফংগনি।

ইবুঙো মাগী শেংলব নাম অদু নঙন মতম পুন্নমক্ত নিংশিংজবদুন ধ্যান-মগ্ন ওইসনু অমদি ঈশ্বরগ অমত্ত ওইন তিন্নব ফংলসনু। নহাক মৱাং কাইব, মঙ্গল ওইব ওই-ৱসনু।

## চাং নাইরব পুন্সি অম লেল্লু

নহাক অসি সংসার অপুন্বগী অশেংব মপু নত্রগ ঙাক-শেল্লিব অদুনি। নহাক্তি কন। অমত্তগী মখা পোন্দবনি। তথক-তথকপ, অকিব অমসুং অৱাব পুন্নমক থাদোকউ। শান্তি হায়বদুদ পোথাউ। মতম পুন্নমক্ত আত্মাবু খুৱমজো। চাং নাইরব পুন্সি অম লেল্লু। নশাগী লমচৎ শেমগৎলু। পূকচেল চাউব অমদি ধর্ম্ম চেনব গুণশিংবু য়োকখৎলু। অচুম্ব চংলু অমদি অতোপ্পগী ফনব তৌ। নঙগী গুরুদ ভক্তি লৈয়ু। ধ্যানগী শক্তি হেনগৎহল্লু।

অপাম্ব, মিহোৌব, অশাউব, স্বার্থ-ত্যাগ অমদি নাপল থাদোকউ। নহাক চিত-সুদ্ধি নত্রগ থম্মোয় শেংব ওইরক-কনি। নহাক্ত অধ্যাত্মিকী শান্তি অদু হাকথেংনন খংগনি। ইন্দ্রিয়শিংগী অপাম্ব অমসুং মাগ নকশিন্নবশিং অদু মাং-থ্রবদ নঙোন্দ অধ্যাত্মিক জ্ঞানগী নোঙাল্লকনি। নঙন অথোইব মুঙাইব অদু ফংগনি।

## পূন্সি অসি খ্বাইদগী মমল য়াম্বনি

মপোক্ল অমদি মহৈন মী অমবু অফব ওইহনব য়াদে। সুপ্নগী অফব লমচৎ হায়বসিদন কনাগুম্ববু অফব মী ওই-হল্লি। লমচৎ আঙলব মহাক অদুদি মশামক মাংজরবনি। অফব লমচৎন অধ্যাত্মিক সাধনাদ খুমাঙ চাওশিল্লি। পুন্সি অসিদি খ্বাইদগী মমল য়াম্বনি। গীতাগী পাউতাক অদুগী মতুং ইম্ন হিংঙু অদুগ থবক্কী মহৈ অমসুং মায়া পক্কন হিংঙু। নহাক অসি প্রভূ নরায়ণগী মখুত্ত সুপ্নগী মমিংত ওইবনি হায়বদু খংঙু। নহাক থুনমক যোগী অম ওইরক-কনি। মুপাগী নিষ্ঠা অমসুং মুপিগী চেষ্টা লৈব বহুরূপী অমগুম্ন ঈশ্বরদ নিষ্ঠা লৈয়ু অদুগ থবক্ত চেষ্টা লৈয়ু। নহাক্ল মতম অমত্তদ থবক অনি তোৌব ঙম্মকনি। নহাক্ল ইবুঙো মাগ অমত্ত ওইরককনি।

## অধ্যাত্মিকী লন তানশিল্লু

মশীং ১ (অম) হায়বসিনবু মমাঙদ লৈত্রবদি শূন্ত মশীং কয়ামুক লৈদুনস্থ করিস্থ কান্নদে। মতৌ অদুম্ন নঙন মরোল অহুমগী লল পায়দুনস্থ অধ্যাত্মিকী লল অমস্তুং আত্ম-জ্ঞানবু তাস্রবদি করিস্থ কান্নদে।

মরম অদুন আত্মা নত্রগ স্তুংদ লৈব নশামক অদু খণ্ডু। হিংলিব পূন্সি অসিদ আত্মা হায়ব অদুদং হাপচিল্লু। "নঙন অহানবদ ঈশ্বরগী স্বর্গ লৈবাক অমস্তুং মহাকী অচুম্বদুবু থিজে৷, মথংদ পোৎ খুদিংমক নঙগী ওইব ফংজগনি।" (প্রভূ যিশু) লেমতোন থাউমৈগী মন্থুংদ মণ্ডালগী মৈন্নিন চাকপঙুম অধ্যাত্মিকী মৈন্নিন নীংশিংব থোক্ত্রব মতমদগী হৌন নঙগী থম্মোইদ চাক্লক্লি। নঙগী থম্মোইগী কাচিন অদু য়োন লূপশিল্লু। অধ্যাত্মিকী মৈন্নি অসিদ ধ্যান তৌ অদুগ ঈশ্বরগী মৈন্নি অদুগ অমত্ত ওইয়ু।

## নিয়ম অদু খণ্ডু

কল থোকহন্নব, অরেপ্প মরম অম য়াওদন করিগুম্ব থোদোক অমত্ত ওইব য়াদে। কর্ম্ম অমস্তুং কল হায়বসি পূন্নমক্ত ইল্লিব নিয়মনি। নিয়ম অসি য়াম্নমক অঙকপ অমনি। মরম অসিননি শ্রীকৃষ্ণন তাকপিরম্মীব—

"গহনা কর্ম্মণো গতিঃ"—অঙকপ হায়বদু কর্ম্মগী খোঙচৎ অসিবুনি। প্রকৃতিগী ওইব পুক্লিংগী অমসুং পোৎকী শক্তি-শিংসিন কর্ম্ম অমসুং ফলগী চাউরব নিয়ম অসি ইল্লি। নিয়ম অমসুং নিয়ম চৎহল্লিব অদু অমত্তনি।

নহাক্ন নঙগী রাখল অমসুং শাজৎ হোংদোক্লুন অনৌব লমচৎ অম শেমগৎপ ঙম্মী। ধর্ম্ম চেনব থবক্তগী অমদি পুকচেল চাউব অধ্যাত্মিকী রাখলদগী নহাক্ন অচুম্ব মী অমসুং সাধু অম ওইব ঙম্মী। নঙন আত্মজ্ঞান ফংলবদ নঙগী ফিবম অদুদ অদুম পোথাব য়াই। নহাক্ন নশাবু নিয়ম পীরিব অদু ওইন ফোংদোকপ ঙমই, মতম অদুদদি কর্ম্ম অমসুং ফলন নঙোন্দ শোক্লরোই। নহাক্ন প্রকৃতিবু জয় তৌরে।

## গুরু অমত্তদ চঙজো

ঙাকপিহৈব গুণবু য়োকখৎলু। ৱারেম ঙাঙগনু। ধর্ম্ম শাস্ত্র পাউ। অচম্ব, ব্রহ্মচার্য্য, অচুম্ব অমদি মান্নন উব হায়বসিবু অরার-সুংঙাইব অমসুং মাঙব তোংব ফিবম অনিমক্ত ঙাকউ। করিগুম্ব জীব অমত্তদ মাঙনব তৌগনু।

থাঙর কল্লু। হনব নৈত্রব আশা অমসুং চোকথব নৈত্রম থৌনা চেল্লু। মকম অমত্তদ, ধর্ম্ম-গুরু অমত্তদ,

নিয়ম অমত্তদ অমস্তুং যোগ সাধন অমত্তদ চেৎনা পায়শিল্লু। মসি মায় পাক্লবগী শোয়দবা লম্বীচনি। থিজিনব, ঈশ্বরগী ঈশৈ শকপ, প্রার্থনা তৌব, অউম (ওঁ) শোনব, প্রাণায়াম তৌব, অহাঙবদ খিঙ খিঙ চৎপ অমদি ওন্নতৈনব মুংঙাইব রাখলন অরাব অমস্তুং নীংব কায়বগী রাখলবু তাম্বোকউ। মতম পূম্নমক মুংঙাইদুন লৈনব অমদি নঙগী অকোয়বদ লৈরিবশিং অদুবু মুংঙাইহন্নব হোৎনৌ।

## নঙগী ওঝাবু থুরুম্মু

অপাম্বশিংদগী ননীং তম্ন লৈয়ু। দৈব্য-জ্ঞানবু খৌ-রাংজো। অতোপ্পগী কান্নব থবক থরদ নশাবু শীজিন্নৌ। অন্ত-জ্ঞান অমদি দৈব্য-চক্ষু অদু নঙোন্দ ফাওরক্কনি।

নঙগী নপা, নমা, ওঝা অমদি য়ুমগী অতিথীশিংবু ইচম চম্ব মীনি খন্দন অশেংব ঈশ্বর অদুনি নীংন খুরুম্মু। মখোয়বু ঈকাই খুম্নন খুরুম্মু। মখোয়বু ব্যবহার তৌন সেবা তৌ। লাইবক্ক তম্ব হায়দুন লৈথোক্কনু। নঙগী শাজৎ অদু হোংদোকউ। ধর্ম্ম চেনব পুর্সি অম ওই-হল্লু। অপাম্ব অমস্তুং মিহৌব থাদোকউ। চাউথোক্কনু। ঈশ্বরদ ভক্তি লৈয়ু। নঙোন্দ দৈব্য-জ্যোতিন মঙাল পীরক্কনি।

## সাধুশিংগ তিন্নৌ

থম্মোই শেংঙু। মিং অমস্তুং মূর্ত্তিশিংগী মমিগী শান্ন-পোৎশিং অসিবু তান্নরুগনু। মিং অমস্তুং মূর্ত্তিশিং অসি মীনম্ব ঙাক্তনি। মখোয় অসিদি ইচম-চম্ন সুংশিত্ত ফাওব ঙাক্তনি। মায়াগী সংসার অসিদ কনা অমত্তন লোম্ব নাই-ত্রব মিংচৎ তানব ঙম্মোই। মাঙখিগদব অঙ কপ পোৎশিং অসি থৌশারুগনু। মতম চুপ্পদ হোংব নাইত্রব অশেংব অত্তুদং চেকশিল্ল।

মসুংদ ঈশ্বরগী রাখল অমস্তুং ভাব্‌ক লোয়নন, তুমিন্ন অমদি ভক্তন স্বার্থত্যাগকী থবক থন্ন তৌ। নঙন অতোপ্পগী থবক তৌবদ পেন্দব অমদি মুরুম-মুরুম শোনব তৌগনু। সেবা তৌনবগী খুদোং চাব অত্তু য়েংঙু। সেবাগী তাক্সা অমত্ত নাম্বোকহনগনু। সেবাগী খুদোংচাবত্তু শেম-গৎলু। অফব থবক থন্ন তৌফম শেম্মু। জপ, কীর্ত্তন, ধ্যান অমস্তুং গীতা অমদি রামায়ণ পাঠ তৌবদ চাং নাইব তম্মু। অক্সিঙবগী রাখল অত্তু লাকশিল্লু। ব্রহ্মচার্য্য অমদি মৌণ তৌ। সাধু-মহাত্মাশিংগ তিন্নৌ। নঙন অথোইব মুঙাইবত্তু ফংগনি।

## অশিংবশিংন তাকপত্তু ইল্লু

রেৱিত্ অনি, তান্নব মীন অমগুম্ন ফাব ঙমদবগুম

চয়েৎনরব রাখল অনিদ ধ্যান তৌব মহাক অতুন রাখল অমত্তদস্ত মপুং ক্ষাব ঙয়োই।

মতম পুম্নমক্ত ঈশ্বরগী রাখল অমদ লৈয়ু। রাখল অতু থাইদগী চাউরব শক্তি, পাঙ্গল অমস্তুং অমত্ত ওইব পুক্লিংন মতুং ইন্নু, মশান মায় অতুম পাকচগনি। লাও-তরুগনু। নপুক্লিংন নীংঙক নীংঙকপতু তৌগনু। সাধুশিং অমদি অশিংবশিংগী পাউতাক মতুং ইন্ন তৌ। চুম্ন মহাত্মা-শিংবু নীংশিংজবতনস্তু সংসারিকশিংগী লাই থাজদবগী রাখলবু মাঙহল্লি অতুগ অয়োইব মুক্তিগী আশা পোক-হন্দুন মান্নকৈ অদোমদ হোইজিনবি।

## ঈশ্বরদি মুংশিবতুনি

ঈশ্বরদি অচুম্বতুনি। ঈশ্বরদি মুংশিবতুনি। অচুম্ব ঙাঙঙ্। পুম্নমকপু মুংশিন্নু। নঙন মাবু থুনমক ফংগনি। সাধু, সন্যাসি অমস্তুং ভক্তশিংগ তিম্নো। মসিদনস্তু নঙবু বিবেক, বৈরাগ্য, অধ্যাত্মিকী পাঙ্গল অমদি পুক্লিংগী শান্তি পীগনি। মসি নত্তব অতোপ্প লম্বী অম লৈতবনি। সাধু-শিংবু থিয়ু। মখোয়দি মফম পুম্নমক্ত লৈবনি। পুকচেল-শেংব অমস্তুং খোয়াংব অতুতনি নঙোন্দ দরকার লৈরিবদি। মখোয়দি মতম পুম্নমক্ত নঙবু মুংশিন মখুৎ তিংখোক্ন নঙবু ঙাইরিবনি।

সৎ-সঙ্গতন নঙগী নপুক্লিং অদু ঈশ্বরগী রাখল, মঙ্গল, কৃপা অমদি মপান নাইদ্রব থরাইবু হৌদোকপিব অধ্যাত্মিকী রাখলশিংন মরম ওইদুনা ঈশিংদ চিনি তুম্বগুম তুমখি গনি। মদুগুদ নঙবু মতম পুম্নমক্ত দৈব্য-জ্ঞান অ᾿দ লৈহন গনি। মদুদগীদি লৈ অমগী খুইথবদ চঙব মতম অদুগী মনুংদ নঙন আত্মজ্ঞান ফংগনি।

## নামদি তশেংন সর্ব্ব-শক্তিমান ওইবনি

ইবুঙো মহাক্কী নামদি সংসারগী মশক ওইরব লিননচিংবগী হূ কোক্লব, শোয়দন ফরব, কল্লব হিদাক্নি। মসিদি অমর অমসুং মতম চুপ্প শান্তি পীবিব অমৃত অদুনি। ইবুঙো মহাক্কী নাম শোল্লিবশিং অদুবু যম্ন য়ামন অঙকপ ফংন কিজে। মহাক্ক মখোয় অদুদ চঙব ঙমদে। লেপ্তুন ইবুঙো মাগী নাম শোল্লু অদুগ কিনিঙাই লৈত্রব মফম অদু তাল্লু।

নঙগী থবক-থনা খুদিংদ ইবুঙো মান লমজিংব ওইসনু। নঙগী জীবন-স্বপ্ন ওইরব আত্মজ্ঞান হায়ব নঙগী লমথুংফম অদু য়ৌনি চৎপদ লম্বীদ মঙাল পীবিব ওইসনু। মুত্তাইরব, কৃপান থল্লব অমসুং ময়াং কায়রব পুল্সি অমদ নহাক ঊরাক্লরসনু।

## চাং নাইন কীর্ত্তন তৌ

সঙ্কীর্ত্তন হায়বসি পুন্নিং অমসুং থরাইগী মচিঙাক্নি। সঙ্কীর্ত্তনদি অধ্যাত্মিক্কী হিদাক্নি। সঙ্কীর্ত্তনদি শোল্লব শিংলিগী মপাঙ্গল পীনব, অনাব কোক্লব, মনম মুংশিরব লায়য়েংনি। সঙ্কীর্ত্তনদি স্বর্গগী অমৃত অদুনি। স্মৃতিগী ব্রহ্ম-মুহূর্ত্ত অমসুং মুমিদাংদ সঙ্কীর্ত্তন তৌদ্রন অমৃত অসি থকউ।

ভক্তিগী অয়োবী থাক অমসুং পাঙ্গল অসি মপুঙ ফান, সমর্পণ তৌব অমদি থাদোকপ অদুগী মখা পোল্লি। অয়াম্ব মীশিংন মখোয়গী পুক্নিংগী লৈখাদ অরোনব, ইন্দ্রিগী অপাম্ব খর খাক্তন থম্ব মরম্ম ভক্তিগী চাওখৎপদু ফংব ঙমদে। আত্মা-সমর্পণ হায়বসিদ অপনব পীরিবদি অপাম্ব অমসুং অপঙবসিনি।

## ইবুঙো মাগী মগুণ শকউ

নঙগী পুক্নিং অমসুং থম্মোই পুম্নমক য়াওন, মতম পুম্নমক্ত ইবুঙো মাবু থুরুমজৌ। মহাক্কী মগুণ শকচৌ। মতম পুম্নমক্ত মাগী নামতবু নীংশিংজৌ। অরাব পুম্নমক কোক্কনি। নঙগী থম্মোই অদু শেংদোকপিরক্কনি। ইবুঙো মান নঙোন্দ মহাকপু তাকপিরক্কনি। মহাক্ক লৈব অদু নঙ খঙলক্কনি।

মহাক্কী দৈব্য-জ্যোতি অদু পীবিনবগীদমক ইবুঙো মাবু কন্না প্রার্থনা তৌজো। মহাক্কী কৃপাব্ খৌরাংজো। মাগ কায়নবগীদমক কপচৌ। মহাক তিন্নজব ফংনব তান-নৌ। দৈব্য-প্রেমগী মৈ অদ্ দ নঙগী পূক্লিং অদ্ মহী চেলহল্লু। ভক্তিগী মৈথক অদ্ দ নশাদু চাকহল্লু। প্রেমগী অমৃত অদু থকউ। দৈব্য-প্রেমগী যু অদু থক্ন ময়াই কাহল্লু। অমর অমসুং লোম্ব নাইদব কৃপা অদু ফংজো।

## ভক্তিবু য়োকথৎলু

নঙগী পূক্লিং, রাহে অমসুং থবকপু লাকশিল্লু। অচুম্ব তাঙ্। শান্তিদ লৈয়ু। ইন্দ্রিশিংব্ তম্বীয়ু। থবক, গুণ অমসুং হরিগী অবতারশিং অদুগী মরীদ তাও, থিয়ু, শকউ অমসুং ধ্যান তৌ।

মরী পুন্নমক ককথৎতুন ইব্ঙো মঙোন্দ ভক্তি তৌজো। নঙগী নপূক্লিং পুন্নমক মঙোন্দ হাপ্প্। নশাগী ওইজব থিবগী সংসারিক ওইব রাথল মরিক অমত্তসু নঙগী পূক্লিংগী লৈখাদ মমি তাহনগনু। অমগ-অমগ সুংশিনব, ভক্তি তৌনব, ঈশৈ শকমিন্নব অমদি ইব্ঙো মাগী গুণশিংগী মরীদ তুচুংব, ঈশৈ শকপ অমস্ং জগোই শাব তৌদ্ন নশাব্ কাউথোক্ন ভক্তিদ চপয়ুংব ফাওব রারী তৌনৌ।

## প্রেম্ম ময়ম ওইদুন ইবুঙো মাবু খঙঙু

শিব ভগবানদি অথোইব আত্মা পুম্নমকপু খঙব, জীব পুম্নমকপু ঙাকপিবনি। মহাক্তি সর্ব্ব-জ্ঞানী, সর্ব্ব-শক্তিমান অমসুং সর্ব্ব-ব্যাপি ওইবনি। মহাক্তি কদৌঙৈদসু পোকপ নাইদে। কদৌঙৈদসু শিব নাইদে।

নঙনবু অশেংব ঈশ্বর থিব অম ওইরবদি মিৎন কুপ্পদ নঙন মাবু ফংগনি। মাবু মতম পুম্নমক্ত নীংশিংঙু। মাগী নাম শোন্দুন লৈয়ু। মাগী মগুণ শকউ। নঙগী থম্মোয়গী থম্মোয় অদুদ মাবু থিয়ু। নঙগী আত্মাগী তুংনকম ওইব, সংসার পুম্বগী মপু ওইব, নঙগী থম্মোয় মমুংদ লৈব অমদি মুংগী রায়েনব মপু মহাকপু প্রেম তৌজব অমসুং সেবা তৌজবদু ভক্তশিংদগী তমজৌ।

নঙন মতম পুম্নমক্ত ইবুঙো মাগী অশেংব নাম অদু নীংশিংজব অমদি ধ্যান-মগ্নদ ঈশ্বরগ নরুজবদু ফংজসমু। মরাঙ কায়ব হায়বদুন মতম পুম্নমক্ত মঙোন্দ চঙজরকসমু।

## থম্মোয় শেংন প্রার্থনা তৌ

ঈশ্বরদ অচেৎপ থাজব থম্মু অমসুং ধর্ম্ম শাস্ত্রশিংবু নীংথিন খঙঙু। বৈরাগ্যদ চঙজৌ। অতনবগী য়ারেমদ মতম মাঙহনগমু। মতম হায়বসিদি লেপ্তুন চেনবনি। মিকুপ খুদিংমক অসি মহাক্কী সেবা অমসুং পূজাদ শীজিন্নৌ।

নোল্লুকপ, ঙাকপীব, খাঙব-কনব অমস্তুং সেবাগী ৱাখলবু য়োকখৎলু। ইবুঙো মাদি নঙগী থম্মোয় মন্নুংদ নঙগ য়াম্ন নক্কন লৈবনি। তীনফা-কাকথৈগুম্ন মাগী নামদ কম্ন নপ-শিল্লু। নঙন অথোইব মুঙাইবত্থ ফংগনি।

অশেংব, ভক্তি, মঙাল অমস্তুং জ্ঞান ফংনব প্রার্থনা তৌ। নঙন হেক পামজব মওংদ প্রার্থনা তৌ। অঙাং অমগুম্ন ইচম-চম্ব ওইয়ু। নঙগী থম্মোয়গী কাশিং অত্থ ইকোম-কোম্ন হাংদোকউ। নঙন পূন্নমক ফংগনি।

## প্রার্থনান অঙকপ কয়া তৌই

প্রার্থনাগী অকনব শক্তি কয়ামুক লৈ। মহাত্মা গান্ধীসি প্রার্থনাবু য়াম্ন পামজব মীশক অমনি। করিগুম্ব প্রার্থনা অত্থুন পুকচেল শেংলব অমদি মত্থন নঙগী অশেংব থম্মোয়দগী থোরকপ ওইরবদি মত্থুন খুদক অত্থমক্তদ ইবুঙো মাগী থম্মোয়ব, পেৎহলগনি।

দ্রৌপদিগী থম্মোয় শোকপ প্রার্থনা তাবদ শ্রীকৃষ্ণন দ্বারকাদগী মখোঙন চেল্লকখি। সংসার পুম্বগী মপু শ্রীহরিন প্রহ্লাদগী মফমদ খর থেঙন লাকপগীদমক ঙাকপিয়ু হায়-জখি। কয়াদ ঙাকপিহৈব, মীনুংশি চাউব ইবুঙোনো! প্রার্থনাগী শক্তিগী মরমদ কদৌঙৈদস্থ মরৈ য়েৎনরুগন্নু।

নহাক অপঙব তাগনি। অধ্যাত্মিকী হীরমদ মরৈ য়েৎননি-ঙাই লৈতে। জ্ঞান হায়বসিদি অকরুব, সীমা নাইব, কান্ন-দ্রব খুংলাই অমনি। হৌজিক, নঙগী অপঙব অমম্বদু তাম্থোকখ্রো। নহাক্ত প্রার্থনাগী অশেংব কৃপা অদুদ মুঙাইব ফংগনি।

---

# অনিঙব পন্দুপ

## শক্তি

### কন্ন পামশিল্লু

ইন্দ্রিগ মরী লৈনব পোৎশিংগী অপাম্বদু থাদোকউ। ঈশ্বরবু থাজবদু কন্ন পায়শিল্লু। লেপ্তুন কন্ন পামশিল্লু। নঙ পুকচেল শেংলক্কনি। ৱাখলদ, ৱাহৈদ অমদি থবক্ত কনা-বুস্থ অৱাব পীগনু। মতম পুন্নমক্ত অফব অমসুং থৌজাল হৈব থবক তৌ। নশাগী অৱা-অনা পুন্নমক মাঙহল্লু। তুমিন্ন, মকা লান্ন লৈয়ু। নঙন অথোইব শান্তি অমসুং লোম্বা নাইদব মুংঙাইবদু ফংগনি।

বিবেক, তত্তব ধ্যান অমদি আত্মা-বিচার তৌদুন পুক্লিংগী ঈথকশিংবু মাঙহল্লু। অতোপ্পগী সেবা অমদি ইবুঙো মাগী পুজাদ নপুক্লিং অদু থিংজিল্লু। নঙন অথোইব মুঙাইববু ফংগনি।

## নঙগী নিয়মশিং অদু কন্ন পায়শিল্লু

মতম পুম্নমক্ত অচুম্বগী মতুং ইল্লু। রাখল, রাহে অমসুং থবক্ক মদুবু তান্নৌ। মরূপ-মপাং ওইয়ু। থোনা ফৌ। ইবুঙো মঙোন্দ নশাহ্ন কখোকচো। নীংব কায়ব অমদি তেংথানবগী কন্নিস্ন মরম লৈতে।

নঙগী নিয়ম অমদি ফিদমশিং অদু কন্ন পায়শিল্লু। থবকী মহৈ নত্রগ ফল অদু য়েংদন নথৌ তৌ। নঙগী ননাক্ত ঈশ্বরন লেঙদন লৈগনি। অপাম্ব লৈতব ওইয়ু। অফ-ফত্ত খন্দোকপ তম্মু। নশাবু খঙঙু অমসুং অপাম্ব-শিং অসিদগী নাম্থোকচো। নঙদি "মতম" অমসুং "অশিব" হায়বসিগী রাংমদ চংকদবনি।

## নঙগী লেপখিব অদু হোংগনু

মতম পুম্নমক্ত পুক্নিং মকালাম্ন লৈয়ু অদুগ অরাব হায়-রত্নদ নোকশিল্লু। হিংনবগী নিয়ম অদু ইল্লু। চাব, থকপ, তূম্ব, হরাও-তয়াম্ব অমদি অতৈ অতোপ্পশিংদ চাং নাইয়ু। ঈশ্বরদ কম্ন থাজব হায়ব অম য়োকখৎলু।

খঙহোদন হৌরকপ অপাম্ব অমদি রাখলগী ঈপোম-শিং লাকশিল্লু। সংসারগী অথেম্ব কয়া অসিন নঙবু পূহনগনু। চেকশিল্লু। শিংঙু। সংসারিক ওইব মীশিংগ

তিন্নরুগনু। খ্বাইদগী পীকপ থবক্ত ফাওব নঙগী পূক্লিং, রাখল, থম্মোয় অমদি থরাই চঙঙ্. । মতম পুম্নমক্ত অরেপ্প অমস্নু: থাজবগ লোয়নন থবক তৌ। নঙগী অনীংবদু চেৎনা থম্মু অদুগ নঙগী অরেপ্প অহ্ হোংগনু।

## নশাগী রাশক ঙাকউ

নঙগী নথৌ অদু নীংথিন তৌ। নশাগী রাশক ঙাকউ অমস্নং অচুম্বা ঙাওঙ্. । লমচৎ ফজো। পুম্নমক্ত থৌজাল্লু। অশাউববু জয় তৌ। নশাগী মপু অম ওইজো। মিহৌরুগনু। নঙন থুনমক ঈশ্বরবু ফংব ঙমগনি।

ইবুংঙো মাগী নামদ চংজো। নহাক্কী অশোনবা অমদি অশোয়বশিং অদুগী মরীদ য়াম্ন তোয়ন খনগনু। কন্ন পামশিল্লু.। অধ্যাত্মিকপু চাওখৎহল্লু.। নহাক্ল দৈব্যত্ত্ব ওইব অদু ফংগনি।

সৎ-চিৎ-আনন্দ ওইব, পুম্নমকপূ য়োকপীরিব, খ্বাইদগী অথোইব মহাক্কী গুণ অমদি তৌব ঙম্বশিং অদুদ ধ্যান তৌ।

## কদৌঙৈদস্নু নীংব কায়গনু

নঙদি থবক্ত ননীং তম্বনি। অদুন নঙন পাম্ব মতুং ইন্ন কর্ম্ম তৌব য়াই। অচুম্ব রাখল অমদি অচুম্ব থবক্ল

নহাক যোগী নত্রগ জ্ঞানী অম ওইব ঙমই। মী হায়বসিদি উপায় লৈত্রব জীব অম নত্তে। মাদি মশাগী মনীং তম্ন খঙনব শক্তি লৈবনি।

অদুন নঙগ চানদব, মুঙাইতব ফিবম পূম্নমকপু লাক-শিল্লু। থৌনা ফগৎলু। কিগনু। কদৌঙৈদসু নীংব কায়-গনু। নহাক নমায় পাক্কনি। চুম্ন হোৎনব মুপা অমন ঙম্লোইদৌব অমত্ত সংসার অসিদ লৈতে।

হৌজিক্তি, মীকপ থোক্লো। নমিৎ পাঙথোক্লো। ধর্ম্মচেনব মী অম ওইয়ু। অফব থবক তৌ। হরিগী নাম শোল্লু। তত্তুন সৎ-সঙ্গ তৌ। ফত্তব শাজৎ পূম্নমক মাঙ-খিগনি। শেংদোকউ। পুক্লিং চঙঙু। ধ্যান তৌ। নঙন লমথুংফম অদু ফংগনি।

## নহাক অসি নঙন খনব তুংইন্ন ওই

"মী অমন খনব মতুং ইন্ন মহাক অদু ওই" হায়বসি প্রকৃতিগী থ্বাইদগী চাউরব নিয়মনি। নহাক অসি অশেং-বনি হায়ন খল্লু, নহাক অশেংব ওইরক্কনি। নহাক মুপা থোকপ অমনি খল্লু, নহাক মুপা থোক্কনি। নঙ অসি ব্রহ্ম-দুনি হায়ন খল্লু, নঙ ব্রহ্ম ওইরক্কনি। অফব পূম্নমক্কী পুমহৈ অম ওইয়ু। মতম পূম্নমক্ত অফব থবক তৌ। সেবা তৌ। মুংশিয়ু। পীথোকউ। মৌণ অমসুং ব্রহ্মচার্য্য তৌ।

অশাউববু লাকশিল্লু। অতোপ্পবু মুণ্ডাইহল্লু। অতোপ্পবু সেবা তৌনবগী দমক্ত হিংঙু। মতুতদ নঙন মুণ্ডাইবদু ফংগনি।

## মনুংদগী পাঙ্গল লৌথোরকউ

পুক্লিং অসি, মান নীংবদ তোব য়ারুগনু। প্রাণ অমসুং ইন্দ্রিশিং অসি নঙগী নখাদ থম্মু অদুগ নপুক্লিং অদু সত্ত্বগুণন মপাঙ্গল হাপ্লব, অশেংব জ্ঞানগী মতেংন লাকশিল্লু।

রাশকপদ তপথো, তৌইগুম্বসুং মদু থবক ওইন পাংথোকপদদি থীনগনু। তিন্নব য়াব, মুংশিনব অমদি চাশিন্নরব লমচৎ অদু য়োকখৎলু। থোনা লৈয়ু। কদৌদৈঙদসু নীংব কায়গনু। মনুংদগী পাঙ্গল লৌথোরকউ। মফম পুন্নমক্ত ঈশ্বর লৈবদু খঙঙু। মখাদ পুন্নমক্কী হৌরকফম অত্রদ লূপথো। নহাক্ক লোম্ব নাইদব কৃপা অদু ফংগনি।

## প্রকৃতিগী জয়

হিংলিব অসিমক ফিদম অমদি লমথুংফম অদুগী লানথেংনব অমনি। পুন্সি অসি জ্ঞান ফংনবগী লমশাং অদুনি। নঙগী অশেংব য়েক্রবদি মথোয় অসিনি। পুন্সি চুপ্প রাশক

ঙাকউ। নঙগী মনুং অমসুং মপানগী প্রকৃতিশিং অদুবু জয় তৌ। জপ অমসুং ধ্যান তৌদুনা অমম্ব ওন্নতৈনব ফত্তবশিং অদুবু তাম্থোকউ। অৱাংব অধ্যাত্মিক জ্ঞানগী লমদম অদুদ রাংন পাইখৎলু। হৌজিক্তি, নঙগী মুপা থোকপ অমদি অধ্যাত্মিকী পাঙ্গল অদু উৎলো।

## সংসার অসিদি অচৌব স্কুল অমনি

সংসার অসিদি অচৌব স্কুল অমনি। মসি নঙগী জ্ঞান তানফমনি, শিংঙ্। যোগগী ফিদম অদুদ লৈয়ু। তাঞ্জা অসিগী খুদোংচাবশিং অসি মপুং ফান লৌশিল্লু। ফত্তব হায়ব অম তোঙান্ন লৈতবনি। নঙগী তৌবঙম্ব অমদি শিংবগী শক্তি অদু হেনগৎহল্লু। নঙন ঈশ্বরগী দৈব্য-জ্যোতি, জ্ঞান, অশেংব মতৌ, শান্তি অমদি অধ্যাত্মিকী পাঙ্গল অদু হেন্ন ফংলক্কনি।

ফুগায়ন শাৎলিব লৈরাংশিং অমদি অশংব নাপিশিংগ নোকম্মিন্নৌ। উরি-ৱারি, নারক মোংশোংশিং অসিগ খূৎ শোন্নৌ। হুই, হৌদোং, যন অমসুং মীওইব জাতিনচিংব য়ুমলোন্নব পুন্নমক, অওইবমক মহৌশাগী প্রকৃতি পূন্নমক্ক মরুপ ওইব মতৌ অদু য়োকখৎলু। নঙন মপুং ফারব, ইনাক খুল্লব পূন্সি অদু ফংগনি।

হৌখিক্তি নমিৎ পাওলো। কম-তূম অমদি কউন্ অইর অদুবগী হৌগৎলো। নওগী মাওওক লৈবাক অদু লৌরো। নওদি লাইনি। নওদি আম্বা অদুনি। মমি খওওক অদুগ নখি৷ তম্ম।

## সংসার অসিদি নওগী হকচাংনি

থবকশিংদগী সংস্কার নত্রগ পুক্নিংগী মমি নত্রগ মচি ওইবশিং অদু থোকই। হন্ন হন্ন তৌব থবক্কগী পুক্নিংগী মমি অদু কনশিল্লকই অদুগ হৈনব, অপাম্ব ওই। অপাম্ব হৈনবী অদুন লমচৎ-শাজৎ ওইরকই। মুপা অমগী অপাম্ব, হৈনব পুন্নমক্ক মহাক্কী লমচৎ হায়বদু ওই। মরম অদুন, লমচৎ অসিনবু শেংলব অমম্তুং কল্লবদি রাখল অমম্তুং নিওবগী শক্তি অসিম্ন কনখৎলকই ; অদুগ রাখল অমম্তুং নিওবগী শক্তি কল্লগম্ন লমচৎ অসি মশেক শেংলকই অমদি কনখৎলকই।

মরম অদুন খুদক অসিমক্তদ অকব লমচৎকী মরু হল্লু। মদুন মথং মথং হৌগৎলক্কনি। অদুগ মসিন, পুক্নিং অমম্তুং হকচাং অসিদ্ন মাগী মফম অম লৌরগনি অমম্তুং মত্তোমত মায় পাক্ক থবক তৌরকনি। অরিব, অশোনর অমদি অনাব রাখল পুন্নমক মাওখিগনি। সংসার অপুন্নসি

নঙগী য়ুম নত্রগ হকচাংনি হায়ব খঙও ু। সংসার অসিগী জীব খুদিংদ ঈশ্বর লৈ হায়ব খঙও ু। "ঈশ্বসর্ববমিদম সর্ববম" নঙন অথোইব অদু ফংগনি।

## কর্ম্ম যোগগী অরোনব তত্ব অদু খঙও ু

ভগবান বুদ্ধ, শ্রীশঙ্কর অমসুং অতোপ্প থায়নগী ধর্ম্ম যোগীশিংন তৌরম্ব অঙকপ অমসুং চাউরব থবকশিং অদু য়েংও ু। মখোয়গী মমিংশিং অসি মীয়োল কয়া ফাওন চৎথরক্লি। হৌজিক ফাওব মখোয়বু নীংশিংনরি। সংসার পুম্নমক্ক মখোয়বু ব্যবহার তৌন খুরুমনরি। নঙন মখোয়গী থবকশিং অদুদ ওইজব থাদোকপগী মরীক নত্রগ মরূ অমতম্ব হাপকৎপ ঙমদ্রা? মখোয়দি অতোপ্পগী কান্নবগী-দমক লৈরম্বশিংনি। মখোয়দি মশাগী হায়বদু পুমথা-থাদোক্লবশিংনি।

থবক্ক য়াহনব ঙমদে। থবক অদুদ নপশিনজরুব অমদি ঐন তৌব ওইন ফোঙদোক্ল ুব অদুন অরাব, খুদোংথিব অমদি মুঙাইতব কয়া নংবগী মরমনি। কর্ম্ম যোগ অমদি থবক্ত নপশিন্দব অমসুং ঐন তৌব ওইন ফোঙদোক্তব থবকী অরোনব তত্ব অদু খঙও ু। নহাক্ক থুনমক দৈব্য-জ্ঞান ফংগনি। মসি জ্ঞাননি। থবকী মহৈ পুম্নমক চাকথেকপ জ্ঞানাগ্নি হায়বদু মসিনি।

## কর্ম্ম যোগনা [illegible]

মহাক্ক নঙগী পীক্লিব নচা মুপা [illegible] কব্নিগুম্ব খর আশা তৌত্রা! অদুগ কব্নিগুম্ব নঙন মঙোন্দগী আশা তৌরবদি মাবুস্ন নঙোন্দগী আশা খর তৌহল্লোইদ্রা? মতৌ অদুগুম্ব, নঙন অতোপ্পশিংগীদমকস্ন কব্নিগুম্ব অমত্ত মখোয়-দগী আশা তোরুদন খবক তৌব তাই। সংসার, অসি মহাক্কী নশানি হায়ন মহাক্ক খনব অমদি চাওথোকপ তাই।

হৌজিক ফাওবদদি নঙ হায়রিব মওং অসিদ ওইজব থাদোকপগী থবক তৌরক্তি্র অমদি পূক্লিং চঙলক্লি অক্নন হৌগৎলকপদ খজিক্তং অরাব ওইব য়াই। অদুবু নৈঙন স্বার্থ ত্যাগকী কৃপা অদু মচেৎ অমতং ফংথিরদ মদুবু কদৌইঙদস্ন থাদোকপ ঙম্নরোই। সেবাগী শক্তি অদুন নঙবু থবক্ত হেন্ন পুক্লিং চঙন পামশিলহল্লকনি।

সংসার অপুম্বসি ঈশ্বরগী মূর্ত্তি অদুগী শন্দোকপ মওংনি হায়বদু নঙ খঙলকনি। নঙন মপান নাইদ্রব মুংগী পাঙ্গল অমসুং অশেংব থম্মোয় হায়বদু ফংলকনি।

নঙগী থম্মোই অদু মীসুংশি খঙব, ঙাকপিহৈব অমদি অশেংব মুংশিব হায়বদুন খনগৎলকনি। মহাকী ওইজব থাদোকপ অমদি স্বা-র্থত্যাগকী থৌনা অদু লোম্ব নাইদন হেনগৎলকনি।

## : কর্ম্ম যোগন জ্ঞান শী

থবক হায়বসি পূজানি। থবক হায়বসি ধ্যাননি। মশাগী মরম ওইরকদনি হাপ্তব য়াথলদ, য়াম্ন নুংশিন মইহৈগী অপাগী য়াওদন পুরককপু সেবা তৌ। মগুন ঈশ্বরবু কংগনি। মীওইবগী সেবা তৌবদি ঈশ্বরগী সেবানি।

"জীব পুম্নমক্কী থম্মোইদ ইশ্বরনা লৈতুনা লৈবনি; হে অর্জ্জুন, মহাক্কী মায়াগী শক্তিন চক্কু শাবগী চক্র (কোন) তোংবগুম্ম জীবশিংন লৈরিবসি" (গীতা ১৮-৬১)

সেবাগী য়াথল অসিন নওগী শরু, তোংশা। অমদি নিংসি-নাঙ্ঘরি খুদিংদ লুন চঙহল্লু। মদুগী মনাদি মঙ্গল নাইদ্রবনি।

সংসারগী পূৰগী পাকচাওব অমসুং মশাগী নাইদ্রব কৃপা অদুবু লাথন তৌ অমসুং খওঙু। অকনব অশাগী অমদি ইনশীনব অদুবু থবক তাক্লুনা উৎলু। সেবাগী ভাব অসিদ চঙশিল্লু।

## কর্ম্ম যোগী অম ওইবসি ঈশ্বর য়াম্ন নকশিল্লবনি

কর্ম্ম যোগী অমন হায় "থবক খুদিংমক ফলগী অপাম্ব য়াওদন তৌ। মতুন পুক্লিং শেংহনগনি। অদুদগী নহাকু আত্মা-জ্ঞান কংলকনি। নহাক্ন মুক্তি নত্রগ মোক্ষ নাইদব

কৃপা অমসুং অমত্ত থুবম কংগনি।" মসি মহাক্কী পাউ-তাক্নি।

মথক্কু হায়রিব কিদম অসিগী মতুংইন্না থবক তৌরবদি মহাক্কী পূক্নিং শেংলকনি। মসি নঙগী থবক অদুগী খ্বাইদগী চাউরব মনানি। পূকচেল শেংলব মী অমগী থাগৎনিঙাই ওইরব ফিবমশিং অদু নঙন লাকপিনব ওল্লোই।

মপান নাইদ্রব শান্তি, পাঙ্গল অমসুং নুঙাইবদুন মাগী ওইন লৈ। মহাক্কি ঈশ্বরগী মনাক্তা য়াম্ন নক্ন লৈর-বনি। মহাক্কি ঈশ্বরগী চাম্নব মরুপনি। মহাক্কি থুনমক দৈব্য-জ্যোতি কংলগদবনি।

করিগুম্বা অপাম্ব আশা অমত্ত য়াওদন থবক তৌ অদুগ মদুদগী পূকচেল শেংলকপ অমদি নীংবগী শক্তি হেনগৎলকপ অদু য়েংঙু। কম্বাদ চাউখ্রব থম্মোই অম নঙোন্দ চেন্নকদগে ব্যাখ্যা তৌব ওন্নগ্নোই। সাধনা তৌ অদুগ ফিবম অসিগী নুঙাইবদু লৌ।

## কর্ম্ম যোগ অসি খ্বাইদগী ফব যোগনি

নঙন দেশ অসিগী নত্রগ সমাজ অসিগী নত্রগ লায়-রবু অনাবশিংগী থবক মচা অমতং তৌরকাওবদ মদুগী কান্নব অমসুং খুদোংচাব লৈ। মদুন নঙগী থম্মোই অদু

শেংহনগনি অদুগ অন্তকরণ অদু আত্ম-জ্ঞান লৌব ওন্নব থৌরাংদ লৈরগনি।

সংস্কার শক্রগ অকব থবকী মমিশিং অদু পুক্নিংগী মনুংদ হক্কু্ন মমি তাই। হায়রিব সংস্কারগী শক্তি অসিন অমুক লৈথৎলকপদ হেন্ন কব থবক অমুক তৌহল্লকনি। মীনুংশি থওব, নুংশিব, মরৈবাক নীংবগী থৌনা অমদি সেবাগী আশা পোক্লকনি।

## পুন্নমক অমত্ত ওইয়ু

করিগুম্ব সোসাইটি, আশ্রম, মঠ নক্রগ ধর্ম্মগী সংস্থান অমদ মুতিগী, নওন পাম্ব মওংদ, কল নিদন পুং ২।২ থবক তৌ। অসিন নওগী থম্মোইদু শেংদোকনি। ঈশ্বর মহাক্তন সোসাইটি অদুগী যুম্ফমনি হায়বসি কাউগনু। সংসার অপুম্বসি ইবুঙো মাগী ফোঙদোকপ মূর্ত্তি ( বিরাট রূপ ) অদুনি হায়ব কাউগনু। পৃথিবী অসি হরি মহাক্নি। সঙ্গোম অসিমু হরিনি। উপান্ধীসি হরিনি। নওন নারায়ণ নক্রগ আত্মা ভাব অদুদ সেবা তৌরবদি নহাকী মিৎয়েং অদু হোংলকনি। পৃথিবী অসিদ লৈন-লৈন নও স্বর্গ কংলগনি।

## চাউথোকউ, হাংদোকউ

নপুক্নিং অদু মপুং কান চিলহল্লু। পুক্নিংগী অশোনব পুন্নমক থাদোকউ। ইন্দ্রিশিংন লান হৌবদ্ যারুগনু।

মতম পুন্নমক্ত মিৎ-নাশিংন পুক্লিং তপ্ন লৈয়ু। অপাম্ব অদুবু তুকচো, মুপীদুবু ত কচরুন্নু। অচীকপদ ভুখিম্ন হায়-রকপ ঈশ্বরগী রাহৈদ্রু ভাউ। নহাক্ত অথোইব মুঙাইবড়ু কংগনি।

নঙগী থবক থৌরম পুন্নমক যোগদ ওস্থোকউ। অচুম্বগী লম্বী অদুদ চৎলু। অজ্ঞান-নিদ্রা অদুদগী মিকপ্ থোক্লো। মওং চাদব মীশিংগ ভিম্নরুগনু। অশেংব মীশকশিংগ ভিম্নৌ। নঙোন্দ শান্তি য়াম্ন লাকনি।

চাউথোকউ। হাংদোকউ। অচৌব থম্মোই চেন্ন। পুন্নমক ভিম্নৌ। নোল্লুকউ। ঈশ্বরদ চঙজৌ। অরাব পুন্ন-মক মাঙখিগনি। নহাক্ত অথোইব শান্তি অদু ফংগনি।

## নশাগী নপুক্লিং থঙঙু

ওইজব থাদোকতুন অপাম্ব য়াওদন থবক ভৌ। নশাগী নপুক্লিং অদু থঙঙু। নঙগী নপুক্লিং অদু পুমশেং শেংহন্নু। কদৌঙৈদম্ন মহৈগীদমক থৌশারুগনু। হৈনিংদব নত্রগ কতন্ অম ওইগনু। মীওইব জাতি অমদি নরৈবাকী সেবা ভৌবদ নহাকী শক্তি পুন্নক শীজিন্নৌ। স্বার্থ-ত্যাগকী থবক নশাদ্ হুজিন্নু।

হকচাংগী থবক্ অসিদি মেচিন অমগুম মশা য়ক্তোম-তন তৌজরকনি। নওগী পুক্লিং অনি লৈরকনি। শরুক অমন জপ অমসুং ধ্যান তৌ। থবক তৌরিঙৈদসু ইবুঙো মাগী নাম শোল্লু। অষ্ট বদ্ধিশিংন মতম অমত্তদ থবক নিপালু তৌই। মসিদি পুক্লিং অসি তম্বীবগী মথা পোল্লি। নওন পুক্লিং অসিবু খুত্ত থবক তৌনব অদুগ পুক্লিংদ ঈশ্বরবু নীংশিংনব তম্বীব য়াই। মসি কর্ম্ম যোগ অমদি ভক্তি যোগগী অপুনবনি। মসি থ্বাইদগী ফরব যোগনি।

## অধ্যাত্মিকী ডাইরি থম্মু

স্বাত্ত্বিক গুণশিং চাওখৎহল্লু। শক্তি য়োকখৎলু। চাং নাইন হকচাং শাজেল তৌদুন নশা ফন অমদি কম থম্মু। অরুব, অশেংব জ্ঞানগ লোয়নন চুম্ন ডাইরি থম্মু। পুক্লিং চঙু। অধ্যাত্মিকী হেয়ো অম ওইয়ু।

মতম পুম্নমক্ত চুম্ন থল্লু অমসুং চুম্ন তৌ। নওগী য়ুম-লোম্নবশিংবু কদৌঙৈদসু কল্লকউগনু। চীংলেম্ব, পুকচেল চাউব রাখল য়োকখৎলু। নশাবু য়োন থাজো অমদি থোনা লৈয়ু। নওন করিগুম্ব অম তৌব খুদিংদ মায় পাক্লব আ-শাগ লোয়নন তৌ। নওন হোৎনব অদু নমায় পাক্নি। মসিদি অয়োনব তত্ত্বশিংগী নিংথৌয়েলনি।

সাধু অমদি মহাপুরুষশিংবু নীংশিংঙু। মখোয়গী পাউতাক্ল লমজিং ওইয়ু। মুংশিবগী লম্বী অদু চৎলু। ভক্তি-গী অমৃত অদু ননীং ভোন থকচো। ঈশ্বরগ অমত্ত ওইদুনা লোম্ব নাইদব দৈব্য-জ্ঞান অদু ফংজো।

## হৌজিক্তি সাধনা তৌরো

হৌজিক্তি নঙগী মতম অদু জপ অমসুং ধ্যান তৌদুনা মুঙাইন লেল্লগদবনি। ঈশ্বরন নঙোন্দ খুদোংচাব তাক্লা পুন্নমক পীবিরবনি। মতম পুন্নমক্ত মাবু নীংশিংঙু অমসুং থাগৎলু।

মহাক্কী মগুণ শকউ। ইমুং-মমুং পুন্নমক লোয়নন মুমিদাংদ সঙ্কীর্ত্তণ তৌ। থৌনা ফো। মোমোন নোকউ। মায়থোং মকা লাম্মু। পেম্থোকউ। অকব ওইয়ু। অকব তৌ। অশেংব ওইয়ু। মিৎ-না শিংঙু। পুন্সি অসিমক্তদ জীবন্ মুক্ত অম ওইয়ু।

## লেপ্তন সাধণ তৌ

মতম পুন্নমক্ত জপ তৌব, পুক্লিং লাকশিনব, ধ্যান তৌব, ধর্ম্ম শাস্ত্রশিং পাব, সৎ-সঙ্গ নত্রগ অতোপ্প অকব থবক তৌবদ নঙগী পুক্লিং অদু শীজিন্নো।

সাধনাদ চাং নাইব হায়বনি খুইদগী চেকশিনগদব মরু ওইব অমনি। মসিগী ৱাকম অসি মতম চুপ্পদ নীং-শিংঙু।

নঙন ইবুঙো মাগী নাম শোন্দুন, মতম পুম্নমক অতোপ্পগী সেবা তৌদুনা, নঙগী অরৈব অদু অতোপ্পগ য়েন্ন-দুনা, চাং নাইনা জপ অমদি ধ্যান তৌদুনা অপেনব অমসুং মুঙাইরবা পুন্সি অম লেনবা ওইসনু।

## নঙগী সাধনাদ চাং নাইয়ু

মতম পুম্নমক নপুক্লিং অদু চাং অমত্তদ লৈয়ু। পুক্লিং মকা লাম্ন অমদি মুঙাইনা লৈয়ু। মরম থিগত্তুনা, লাইগী ঈশৈ শক্লুনা, প্রার্থনা তৌদুনা, অউম (ওঁ) শোন্দুনা, প্রাণায়াম তৌদুনা, মহাক্তবদ খিঙ-খিঙ চত্তুনা অমদি ওম্-তৈনবা মুঙাইব ৱাখল থন্দুনা মুঙাইতবা অমসুং নীংব কায়বা ৱাখল-শিং অদু তাম্বোকউ।

হৈ-শিংন নশামকপু যোগদ শীজিন্নৌ। নঙগী হৈশিংবা, থবক ওম্ব অদু শীজিন্নৌ। অপাম্বগী ৱাখলশিং অদু হাং-তোকউ। লাইবক্না তম্ব হায়দুনা লৈথোকনু। নোংশা অম-গুম লেপ্পু। থবক তৌ। কম্ম চংশিল্লু। নহাক্না নীং তম্বদু ফংগনি।

পুক্লিং তপথৌ। পুক্লিং অদু ইবুঙো মঙোন্দ থম্মু। লৌ-উবা অমন ষনবোৎ খোঁইবদ চৎপগুম তপ্ন চৎলু। থাঙব কল্লু। অশেংব সাধনা হায়বদু মসিনি। নঙগী সাধনাদ চাং নাইয়ু। মসিন নঙোন্দ নীং-তম্ব, কৃপা, শান্তি অমদি অমর্ খুবম পীরক্কনি।

## প্রেম ফংলব অকনবদ্ধ ওইয়ু

নঙগী অধ্যাত্মিকী সাধনাদ চাং নাইয়ু। সাধনাদ চাং নাইব হায়বসি খ্বাইদগী চাউব মরুওইব অদুনি। পুম্নমকপু নুংশিয়ু। পুম্নমকপু কোনশিল্লু। পুম্নমক্ত আত্মা লৈবদু য়েংউ। বিশ্ব-প্রেমবু য়োকখৎল্লু। অধ্যাত্মিক্ত নোংম-নোংমগী চাওখৎলু। নাম্থোক্কব হোৎনৌ। আত্মাগী কৃপাদুদ নুঙাইজৌ অমদি ননীং তমজৌ।

নখোয় পুম্নমক নুঙাইরো। নখোয় পুম্নমক অনাব কোক্লো। নঙন অফব হায়বদু থঙব ওইরসনু। মতম পুম্নমক্ত নহাক ইবুঙো মঙোন্দ চঙজব ওইরসনু।

## অপেনব অমসুং সাধনান হকচাং ফননবগী অরোনব তত্বনি

লায়না পুম্নমকী অমদি হকচাং ফন থম্বগী খ্বাইদগী ফব হিদাক অমসুং লায়য়েংদি কীর্ত্তন, জপ অমসুং লাং

নাইন ধ্যান তৌবসিনি। অধ্যাত্মিকী ঈথক অমন শেং-দোকই, নহা ওইহল্লি, তশেং তশেংহল্লি, শিংলি অমসুং তোংশাশিংদ পাঙ্গল-শক্তি পী।

অতোপ্পা, মমলদি য়ামদব তৌইগুম্বসুং য়াম্নদি মরু ওইব হিদাক্তি মতম পুম্নমক্ত হন্নাওন, পুক্নিং মকা লাম্ন লৈবসিনি। মুতিগী অর্থগ লোয়নন গীতাগী অধ্যায় অম নত্রগ অনি পাউ। সংসারিকী রাখল চঙদনব নশাদু মতম পুম্নমক্ত থবক চিলহল্লু।

## উপায় মরি অদু শাগোন্নৌ

অচুম্ব নত্রগ ব্রহ্মাগী চাংদূম অদুদ চেৎন লেপ্পু। অশেংব, মশা মতোমতন লঙজরব, শিব নাইত্রব আত্মা নত্রগ থরায় অদুবু চেৎন পায়শিল্লু। উপাই মরি অসি নশাগ শাগোন্নৌ।

সুমিৎ থৃদিংগী নওন হেক ঙম্বমখৈ অকব তৌব তম্মু। পুক্নিংদ নত্রগ তুমিন্ন নত্রগ শর থৃদিংগী হরি ওঁ, শ্রীরাম নত্রগ নওগী ইষ্ট মন্ত্র ওইব ইবুংঙো মাগী নাম অদু শোল্লু। ধর্ম্ম চেনব থবক তৌবসি অধ্যাত্মিক জীবনগী হৌগৎলকপ অমনি।

অন্নাংব, চাংলেম্ব রাখলগ লোয়নন অচম্ব প্রাকৃতিক জীবন অম ওইন লেল্লু। অকব লমচৎ য়োকখৎলু।

পুক্নিং অমসুং ইন্দ্রিশিংবু লাকশিন্নু। ধ্যানগী সাধনা তৌ। নশাবু খণ্ডু অমসুং মতম চুপ্পদ ননীং তম্মু।

## নশাবু লাকশিন্নু

অধ্যাত্মিকী পুন্সি অসি অতনবগী হ্বারেম অম নত্তে। মসিদি আত্মাদ থাঙ্গেশেংন হিংহুন লৈব অদুনি। মসিদি য়্রানশিন্নদ্রব, অশেংব কৃপা অহু হাকথেংনবনি। মসিদি থল্লব অমসুং মপূং ফাব্রব পুন্সি অমনি।

নশাবু লাকশিন্নু। অচুম্ব চৎলু। অচুম্বদু খণ্ডু। নশাগী হ্বাশক ঙাকউ। পুকচেল চাউথোকউ, মীচং মীথায় নাইগন্নু। সমদ্রুগুম্ব লুব্রব, হিমালয়গুম্ব লেঙদ্রব ভক্তি লৈয়ু।

অপাম্ব, হঙ্গোইব, মীহোৎব, ওইজব-থিব অমদি কল্লকপগী মকুশিং অসি লৌথোক্কুন নঙগী থম্মোয়দ শান্তিগী লৈকোল অম শেমগৎলু। মতম পুন্নমক্ত নহাক অসি মফম পুন্নমক শিনব থুংন লৈব, লোম্ব নাইদ্রব জ্ঞান অমদি শিব নাইদ্রব অমর্ আত্মা অদুনি হায়বসি খণ্ডু।

## নঙগী আত্মা অদুতবু থাজো

থৌনা ফব, ইচম চম্ব অমসুং নোল্লুকপ ওইয়ু। নথক থোংবশিংবু ব্যবহার তৌ। মতম পুন্নমক নমিৎ-ননা

শিংঙু। অশাউববু মপুং কানা লাকশিল্লু। অকব পুম্নমক্কী হৌফম অম ওইয়ু। সাধু, মহাত্মাশিংগী পাউতাক মতুংইন্ন থবক তৌ। নঙগী আত্মা অচুৎবু থাজৌ। অরা-অনা খাঙব কল্লু। খাঙঙু। লাকশিল্লু। শোয়দন মতেং ফংগনি।

ঈশ্বরদ ভক্তি লৈয়ু। নপুকচেল শেংঙু। মুক্তিগী অচীকপ মফমদ পুং খর ফম্মু। পোৎশিংদগী ইন্দ্রিশিং অচু লৌথোকউ। নপুক্লিং অচু নঙগী নখাদ থম্মু। মসিবু ঈশ্বরদ ওনশিনহল্লু। নঙোন্দ ঈশ্বরগী কৃপা লাক্কনি।

## প্রকৃতিবু জয় তৌ

অশেংব আশাশিং অচু থুংহল্লু। নঙোন্দ দৈব্য-গুণন ঙাল্লকনি। নঙবু উত্তরকাশী, হিমালয় অমদি প্রয়াগকুম্ব অমদি অশেংব মফমশিংদ লৈহনগনি। মফমশিং অচুদ নঙন তপ্ তৌব, সাধনা তৌব অমদি সাধু মহাত্মাশিংগী মরক্ত ধ্যান তৌবদুন আত্মজ্ঞান ফংব ঙমগনি।

হোংব নাইদ্রব কর্ম্ম অমস্থং ফলগী নিয়ম অসিগী মমুংদ মী অমন তপ্ন, ঈংন হোৎনদুন মশান অনীংব খুদিং-মক থুংব ঙম্মী। মরম অদুন অধ্যাত্মিকী অপাম্বশিং অচু থুংহল্লু। নঙগী নীংথিন মমায় চুম্নব হোৎনব অচুদ নহাক শোয়দন নমায় পাক্কনি। প্রকৃতিগী মমুংদদি করিগুম্ব

অমত্তু মাওব লৈতে। যেকোমস্তু অমুক হায়ঃ "হায়ব ইনবন প্রকৃতিবু জয় তৌব ওমই।"

## বৈরাগ্যবু তান্নশিল্লু

নহাক্কী নথৌ পাঙথোকপদ দরকার ওইবশিং অদুদগী হেন্ন করিগুম্ব সংসারিক ওইব অমত্তু হেন্ন থল্লুরম্মু। নঙগী নথৌ অদু তৌ অয়েম্ব অদুন ঈশ্বরদ শিন্নৌ। নশাগী রাখল-ফিদম অমস্তুং অয়েপ্প নিয়ম থম্মু। মথোয় অদুদ হোংব লৈতন, কন্ন নপশিন্নৌ। নঙগী অয়েপ্প রাখলগী ফিদম অদুদগী ইঙ্খি মথায় অম ফাওব হন্দোকম্মু।

নঙন হকচাং অসি ফংবগী মরম অমদি মসিগী লম-থুংফম অদু নীংশিংঙু। নঙগী নপূক্কিং অদু য়েংশিল্লু। নঙগী রাখলগী খোঙচৎ অদু য়েংশিল্লু। মন-বৈরাগ্য অমদি মন-সন্ন্যাসপু তানশিল্লু।

## থাজবদি পূন্সিনি

ঈশ্বরদ অকনব থাজব থম্মু। থাজব হায়বসি ঈশ্বরগী লম্বীদ থোঙ্গাল চঙবনি। থাজবন অঙকপ থবক কয়া তৌবা ঙম্মী। মতম পূন্নমক্ক থাজব অমস্তুং অয়েপ্প য়াওন থবক তৌ। নঙগী অয়েপ্প অদু কন্ন পায়শিল্লু অদুগ নঙগী অনীংব অদু কন্ন তান্নৌ।

সাধু, মহাত্মাশিংবু নীংশিংঙু। চাং নাইন প্রার্থনা, জপ, কীর্ত্তন তৌ। নঙগী গুরুগ মরী তৎনগন্নু। গীতা, রামায়ণ অমদি ভাগবতকুম্ব ধর্ম্মগী লাইরিক পাউ। মখোয় অসিন থাজবগী মরূ হুনগনি অমসুং নীংথিন, কন্ন মরা চেক্রিফাওব থাজব হেনগৎহলগনি।

### থাজত্রবদি জ্ঞান ফংদে

দৈব্য-জ্ঞান ফংব হায়বসিন পুন্সিগী লক্ষ্যনি। পুন্সি অসিদি থাজব অমসুং মঙাল অদুনি। থাজব হায়বসি সাধকশিংগী মরু ওইব মহয় অমনি। থাজত্রবদি ভক্তি পোক্তে। থাজত্রবদি জ্ঞান ফংদে।

ফত্তব সঙ্গ, কল্লকপ, মিহৌব, মুপী-অঙাং, লনগী অপঙব অপাম্ব অমসুং ফত্তব চিঙ্গাকশিং অসি থাজবগী য়েক্লবনি। অফব, অচম্ব অমদি মচিওইব চিঙ্গাক চাউ।

ধ্যান তৌ। মিকুপ অসিমক্তদ মহাকপু অন্তর্জ্জানন্ন থঙঙু অদুগ আত্মাগী মুঙাইবত্থ ফংজৌ।

### মরূদ মহাকপু থঙঙু

অচুম্ববু চেৎন য়োকখৎনবগীদমক, ফত্তববু মাঙহন্নব অমসুং অফববু কনবিনবগীদমক শ্রীহরিন, শ্রীকৃষ্ণ অমদি শ্রীরাম ওইন অবতার তৌই। শ্রীকৃষ্ণন হায়ঃ—

"ঐগী অথোইব মায়ান কৃপুন অপঙবশিংন জীবশিংগী মবুঙো ঐন মীওইবগী হকচাং লোব শককম অতু খঙদে।"

মায়াগী শক্তি অমদি ময়াই কারব ইন্দ্রিশিংন হোইদুন পুহনগনু। শ্রদ্ধা অমসুং ভক্তিন মরুদ লৈব মহাকপু খঙঙু, অদুগ মহাক্কী থৌজান অথোইব কৃপা, অথোইব শান্তি অমসুং অথোইব জ্ঞান অতু ফংজৌ।

## ধ্যান তৌদুন নপাঙ্গল তাল্লু

সুংদ লৈব শক্তি মরীক অম ফাওব লুন য়োকউ। মতম মাঙহনগনু। জ্ঞানগী জীমনাষ্টিক তৌদুন, লোনগী লান তৌনদুন অমদি কম্ম মরৈ য়েৎনদুন শক্তি অমসুং মতম মাঙহনগনু। মরৈ য়েৎনব অমদি নৈনব থাদোকউ। অধ্যাত্মিক্কী লম্বীদ নহাক চাওখৎলকনি।

যোগীশিংগী যোগী ওইব, লাইশিংগী লাই ওইব, মপুশিংগী মপু ওইব ভগবান শিবদ ভক্তি লৈয়ু অমসুং অমম্বশিং অতু তাম্থোকখো।

নহাক্ক পুংখাই অমা ধ্যান তৌরবদি ধ্যানগী শক্তি অদুন নহাক্ক চয়োল অমগী পুম্নিগী অরা অনা মায়োক্কব ঙমগনি। ধ্যানদি অস্তুপকী মতিক ৰাংবনি। নহাক্ক তোপ-তোপ্প লিচৎক লোয়নন তোঙান তোঙানব পুক্নিং পুদুন

চৎপ মরম্ম দরকার লৈর পাঙ্গল অদু ধ্যানদগী লোৎথোক্কউ অদুগ্ন অরাব মুংঙাইতরশিং অসিদগী ননিঙ তম্মু।

## অপঙব কোকহল্লু

সাধনা অমদি ধ্যানগী পুন্সি অম ওইহল্লু। নঙগী অপীকপ, অখূব, অপঙবগী সঙ্গ অদুদগী থোরক্লো অদুগ পাক্ল চাউন য়েংউ। য়ু থকপশিংগ ভিন্নবদগী থক্লমদব মীস্ন য়ু থকপ হৈনরকই।

অরুব, খুদোংথীব অমসুং অরা-অনা তারবদ খাঙব কল্লু। থৌনা ফন লেপ্পু অদুগ খুদোংথীবশিং অদু লাকশীল্লু। মুক্তিগী মৈ হোরব অপাম্ব লৈয়ু। সৎ-সঙ্গ, তাব, রাখল তৌব অমদি নিধিয়াসনগী পাম্বৈন অপঙব হায়বদু তান-থোকখো।

নহাক্কী পুক্লিং ঈথিলশিং অমদি অপিকপ অপাম্বশিং অদুবু তম্বীয়ু। নহাক্কী ফিরেপ অদুদ কম্ন লৈয়ু নহাক্ল পুন্সিগী খোঙথাং খূদিংদ নমায় পাকনি।

## তপ, মখল অহুম সাধন তৌ

অহিংসা অমসুং ব্রহ্মচার্য্যবু রাখল, রাহৈ অমসুং থবক্ত সাধন তৌ। অমোৎপ শেংদোকপ অমদি অচুম্ব চৎপগী

সাধন তৌ। নপুক্নিং অদু লেংদন থম্মু। মতম পুম্নমক্ত মায়থোং মকা লাম্ন লৈয়ু। অশেংব রাখলতদ লৈয়ু। রাখলগী, রাহৈগী অমদি থবক্কী ওইব তপ মখল অহুম অসি সাধন তৌব তম্মু অদুগ কর্ম্ম পুম্নমকপু লাকশীল্লু।

নঙগী রাঙাঙদ চেকশীল্লু। খঙ্জিন্নুং ঙাঙঙু। অথুম্ব, নুংশিব রাঙাঙ শীজিন্নৌ। অতোপ্পগী পুক্নিং শোকপ অকনব রা কৈদৌঙৈদসু ঙাঙঙগনু। অচুম্বদ ঙাঙব তম্মু। নত্রে অমসুং রা ঙাঙনীংবগী রাখল অদু যাজীল্লু।

ফত্তব রাখল অসিন পুক্নিংগী লমদম অসিদ হেক চঙলকপগ রাখলগী থাঙশাং পায়দুন হাহোকউ। মতৌ অসুম্ন নঙন পুকচেল চাউরব লমচৎ অম শেমগৎপ ঙমগনি!

## অমৃত অদু থকউ

নপুক্নিং অদু শেংদোকউ। পোংশি দগী ইন্দ্রি পুম্নমক হন্দোরকউ। নপুক্নিং অদু নঙগী নখাদ থম্মু। মনুংদ য়েংশিল্লু নঙগী রাখল তদু ঈশ্বরগী জ্ঞানদ চঙশিল্লু।

অশেংব ব্রহ্মচারি অম ওইয়ু। পুক্নিংদ অমদি থবক্তে অশেংব ব্রহ্মচারি ওইয়ু। অশেংব চিঙ্জাক চাও। বৈরাগ্যবু য়োকখৎলু। ঈশ্বরদ মপুং ফান থাজৌ।

অক-কত্ত খন্দোক্লবগী শাপোৎ-লানপোৎ অদু শেৎ-চীল্লু। অপাম্ব থাদোকপগী চুঙ্গোয় অদু পায়খৎলু। খৌনাগী মোইবুং খোংগৎলু। চিংনব, অপঙব, কামি-ওইব, অমদি মায়াগী য়েক্লবশিং অদু হাত্তোকউ, অদুগ কৃপান থল্লব ব্রহ্মগী মপাল নাইদ্রব লমদম অদুদ চঙশিল্লু। অমর ওইব অমৃত অদু থকউ।

## অমর খুবমদি নঙগী জীবন্ সত্বনি

খৌনা, শক্তি, পাঙ্গল, লৌশিং অমদি মুঙাইব হায়-বসি দৈব্য সম্পৎনি। মপান নাইদব অদুদগী পীরকপ নঙগী জীবন্ সত্বনি। নঙদি রাখল, ঈনশিনব অমদি শক্তিগী কেন্দ্র অদুনি। মসি কদৌঙৈদস্থু কাউরগনু।

অশিব হায়বত্তুন সংসার অসিবু আক্রমন তৌরি। অহিং অমসুং মুংখিল হায়বসি পাঙন্দেমগুম্ন অরেপ্প লৈতন চৎলি। নোংমগী মতম্ন হৌখিবগ লোয়নন কনাগুম্বগী পূম্নিগী শরূক খর মাঙথ্রে হায়ব কাউগনু।

হৈ-শিংন নশাবু যোগদ শীজিন্নৌ। সাধু, মহাত্মাশিংবু নীংশিংঙু। নপূক শেংঙু। ঙাকপীব, মুংশিব, মরূপ ওইব অমদি ইচিল-ইনাও ওইবগী রাখলবু য়োকখৎলু। নহারু পুম্নমক অসিগ অমত্ত ওইব ফংজগনি। নঙন মহয় পুম্নমক

অসিদ ঈশ্বরবু দর্শন ফংজগনি। নওন অশেংব কৃপাগী মুঙাইবত্থ ফংজগনি।

## নওগী লমথুংফমদু কাউগনু

অরুব, খুদোংথীব অমদি হোংনরিব ফিবমশিংদ নওন হেক ওস্বমথৈ ঈংথব অমসুং পূক্লিং মকা লাম্নব হোৎনৌ। নওগী থম্মোয়মুংগী অশেংব প্রার্থনা অদু কৎলু অদুগ ঙাইয়ু। কৃপা লাকনি। ঈশ্বরদ চেৎন, মপুং ফাব অমগু ওইব থাজবত্থু থম্মু।

সংসার অসিবু মু'শিবীরব, অশে'ব বিশ্ব প্রেম অদু য়োকখৎলু। অগন্তু ওইব, অপুনব পূল্সি অম লেল্লু। অচুম্বদ লুন খস্থৌ।

লমথুংফম অদু কাউগনু। 'মুমিৎ খূদিংগী লমথুংফম অদুদ খোঃঙথাং অমমম থাংলিবনি। মায়া হায়বসিন শকফম কয়ামুক লৌরি। য়েংঙু, প্রার্থনা তৌ। য়ৈখায়থিংগাইব কয়াবু জয় তৌ।

## হৌগংলো, লমথুংফম অদু তাঙ্গো

নওন হকচাং অসি পূত্তন লাকপগী মরম অমদি লমথুংফম অদু নীংশিংঙু। নপুক্লিং অদু পোথাহনগনু নত্রুগ নপুক্লিং অদু থোংহলগনু। বৃত্তি নত্রুগ রাখলশিং অদু

য়েংশিল্লু। মখোয়বু তাম্মোকউ। য়েরুবশিংম লানবন চণ্ডি-লরুগা লান্মীশিংন থাঙ পায়দুনা হাৎপগুম পুক্লিংন মকোক হায়গৎলকপদা বিবেকী চৈ অদু পায়খৎলু অমসুং লেপ্তুন ফু। রাখলবু মাঙহল্লু।

## ঈশ্বরবু ফংজবন পুন্সিগী লমথুংনি

পুন্সিগী লমথুংফমদি ঈশ্বর ফংবনি। ঈশ্বরবু ফংজ-রবদি অপাম্ব পুন্নমক ফংজরবনি। অশেংব অমদি অকুপ্প জ্ঞানন ঈশ্বরবু ফংজব ঙমই। পোৎশিং অসিদ মুঙাইব মরীক অম ফাওব লৈতে, মরমদি মখোয়দি অশিবনি। মিলিয়নারিশিং অমসুং নিংথৌশিং ফাওবদ পুক্লিং মুঙাই-তব, পেন্দব অমদি পোত্থাফম খঙদবসি লৈরিবনি।

দৈব্য-জ্ঞান অদুন ঙানবিরক্লবদা মখল খুদিংগী অকিব, অরাব অমসুং খুদোংথীবশিং অদু বোকখিগনি। সংসারগী অরা অনাশিংন থল্লব পোকপ-শিবগী চক্র অসিদগী নহাক ননীং তমগনি। মতম পুন্নমক ঈশ্বরবু নীংশিংজবগী অক৽ব হৈনবী অম থম্মু। ইন্দ্রিশিংবু লাকশীল্লু। অরাব, মুংঙাইব, অকৈংব, অশাব, থাগৎপ, থাদব ফীবম খুদি দ পুক্লিং ফান লৈয়ু। ঈশ্বরদা লেঙদ্রব শ্রদ্ধা অমসুং শোয়ব লৈত্রব ভক্তি অদু লৈয়ু।

## হৌজিক হায়বসিগী মনুংদ হিংঙু

হৌগ্রব অদুগীদময়ক খল্লুরগনু অদুগ তুংগীদমক্তসু শেম-শারুরগনু। হৌজিক হায়বসিগী মনুংদ হিংঙু। আত্মাগী গুণ অদুদ থাজো। পুম্নমকপু মান্নন ব্যবহার তৌ। পুম্ন-মক্ত লৈব নশা ( আত্মা ) অদুবু সেবা তৌ।

অপঙবগী য়ুথল অদু মচেৎ-মচেৎ শেগায়রু। ভথক-তথক্লব পুক্রিংগী শক্তিন থিজিনব অমসুং ব্রহ্ম-চিন্তনগী লাংন ফাজিল্লু। আত্মজ্ঞানগী শামু অদ তোংঙু, অদুগ আত্মাগী অথোইব জ্ঞাণগী খ্বাইদগী রাংব চীংদোল অদু য়োজো।

মায়াগী খেন্নবশিং অসি মুত্থংল্লু। মীগ-মীগ খেন্নব পল অত লৌথোকউ। পুম্নমক তিম্নৌ। লেপ্পুন আত্মাগী নল্লগ লিঙ্গ লৈতব, হকচাং লৈতব আত্মা অদুগী মরমদ খন্দুন লিঙ্গগী রাখল মাঙহল্লু।

ওঙুবা পন্দুপ

# জ্ঞান

## অপাম্বা থাদোকউ

অপাম্ব হায়বসি মায়াগী অহানব মচানি। ইবুঙো মাগী লিলা পুম্নমক অসি অপাম্বগী শক্তি অসিন ওইহল্লিবনি। হঙ্গাম থাউনে, গমনে, আরবকী গমনে. উগী মনপনে, চনাংনে, খোইহীনে, গ্রিসরিননে, হৈবোং মহিনে অমম্লুং পৃথিবীগী অনপ্পা পোৎ পুম্নমক্ল তিন্দুন পুক্লিং হায়বসি শাবগুম তৌই। পুক্লিং অসি পোৎশিংদ, পোৎশিং অসিগী অপুনব গম্ন নপশিল্লি। মরম অদুন অপাম্বসি অস্লুপকী মতিক কল্লিবনি।

ওইজব থিবসিন অপাম্বগী মরুনি। অপাম্ব হায়বসিন সংসারগী অরা-না, থুদোংথীব পুম্নমকী হোকমনি। নশাবু নশক তাক্তন অরেপ্প লৈতন ৎবক তৌ। মদুতদ নওন নুঙাইব ফংগনি। নঙ নশান নশাবু তোঙানব অথোইব জীব অমওম ফাওগনি। ব্রহ্মাগী অশেংব কৃপাদু হাংদোক্লব শোয়ন্ত্রব শোজৈ অদু মসিনি।

## ইন্দ্রিগী সুঙাইব থাদোকউ

হোংব নাইত্রব জীব অমদগী থোরকপ হোংব নাইত্রব, মপান নাইত্রব অমসুং অখোইব সুঙাইব অদু থিয়ু। থিয়ু অমসুং ফংঙু। করিগুম্বা নঙনা অসিগুম্ব মপু-অম ফংলবদি নঙন মঙোন্দগী অহোংব নৈত্রব সুঙাইব অদু ফংজগনি।

ইন্দ্রিগী সুঙাইব অসিদি অশোয়ব কয়ান থল্লি। মসিদি অনাব, অশোনব, অপাম্ব, মীনাইগী রাখল, তমথীব, চোকথব অমদি খৎনব, ফত্তব লমচৎ, মিহোব, ফত্তব অপাম্ব অমসুং পূক্লিং পোত্থাদবনচিংব পাপশিংন থম্ন লৈ। মরম অদুন ইন্দ্রিগী সুঙাইব মখল পুম্নমক থাদোকউ।

## পূক্লিং চাং মান্নন থম্মু

শঙ্গাবুংদ শনবীন মচাদগী লাপ্নন শজিক চারবসু মপূক্লিং অদুদি শম্নাউ অদুদ থন্দুন লৈ। মতৌ অদুগুম্ন নঙন জপ তৌবদ অমদি নখুৎন থবক তৌবদ নপূক্লিং অদু ঈশ্বরদ থম্মু।

অপাম্ব পুম্নমক থাদোকউ। মায়পাকপ, মায়থীব, মাঙব-তোংব, অরাব অমসুং সুঙাইবদ নপূক্লিং চাং মান্নন থম্মু। মাম্ন চেকশিন্ন নপূক্লিং অদু থকশি থাসি নাইব ভবীমু। মসিদি হৃয্যাগী লম্নদম আদু য়েংনব থোঙ অদু

হাংদোক্লবগী শোক্তজেনি। মসি যোগদ মায় পাক্লবগী অরোনব অদুনি।

নঙন মিকুপ খূদিংগী শ্বর হোল্লিব, হিংলিব, থবক তৌরিব পুম্নমক অসি ঈশ্বরগীনি অদুগ মাবু য়াওদ্রবদি পূন্সি অসি অরেম্বনি হায়বসি খঙঙু। নঙন থবক তৌরিডেদ মহাক্ক মিকুপ তম্থাই অমতং কায়নবগী অরাবদু খঙঙু।

## পূক্লিং অদু থেমজিল্লু

নথম্মোই অদু কদোইঙেদস্ত চাং য়েংঙুগন্নু। নঙগী অধ্যাত্মিকী সাধনাদ মতম পুম্নমক্ক কনশিল্লু। এফব-ফত্তুব খন্দোকপ তম্মু। অশিংব মীশিংগ তিম্নদুন অশেংব, হোংদ্রব বৈরাগ্য তানশিল্লু।

পোৎশিংগী শেংদব মতৌ অমদি ইন্দ্রিগ মরী লৈনব মুঙাইবগী অশোয়বশিং অদু পুক্লিংবু খঙহল্লু। নপুক্লিংগ রারী শানৌ। নপুক্লিং অদু থেমজিল্লু। নঙন মাগী রা তাগনি। তপ্প-তপ্প পুক্লিং ফাদোকপদু ফরক্কনি। মদুগদ পুক্লিং অসি মাগী হৌরকফমদ চেৎন, লেঙদন লৈগনি।

যোগী অম ওইয়ু। যোগন অরাব মথল পুম্নমক শেংন কোকহনগনি। যোগন অপাম্ব পুম্নমক কোকহনগনি।

হৌগৎলো। নমিৎ পাঙথোক্লো। যোগ সাধন্ তৌরো। ইচাশা!

## পূক্লিং অদু থকশি খাশি নাইয়ু

অপাম্ব নত্রগ ভাব্ন পূক্লিংদ শাগৎপ তৌগনু। অচুম অয়ান খন্দোকপ, থিজিনব, অপাম্ব থাদোকপ অমদি আত্মাদ চাং নাইন ধ্যান তৌদুন পুক্লিং অদু থকশি-খাসি নাইয়ু।

পুন্সিগী মিৎয়েং পাকথোকউ। পোৎ খুদিংদ, মায়কৈ খুদিংদ ঈশ্বরবু য়েংঙু। শেংদব, মীনম্ব পুম্নমক থাদোকউ। কম্ন প্রার্থনা তৌ। ধর্ম্মগী নুঙাইরব পুন্সি অম ওইন লেল্লু।

## পূক্লিং অদু মপুংফান চিলহল্লু

পূন্সি অসিগী মরম অমস্তুং লমথুংফম অদু খঙঙু। অপাম-লাংদ থুরুগনু। নোল্লুকপ, ঙাকপীব অমদি অরাব খাঙবনচিংব ধর্ম্মগী গুণশিংবু য়োকখৎলু। দৈব্য জ্ঞাণ ফংনব লেপ্তুন অমদি কম্ন খোয়াংজো। থাজব, পামজব অমদি পুক্লিংচঙব তম্মু। নহাক নমায় পাকনি।

শক্তি পুম্নমক পুনশিল্লু অদুগ মদুবু অধ্যাত্মিকী অরাংব মায়পাকপ অমগীদমক শীজিন্নৌ। শেংদোকউ। চাশিন্নৌ।

অচুম্ব ওইয়ু। নঙগী হোৎনজখ অদুদ পুক্নচেল শেংনবু। ধর্ম্মগী অবতার অমদি সাধুশিংবু ব্যবহার তৌ। মহাক শক্তি লৈরব মহোৎসবগী ঋষিদুমদা চানগনি। পুক্নিং অদু মপুং ফান চিলহল্লু। ইবুঙো মাগী নাম শোল্লু। মাল্লা চৎলু। ধর্ম্ম শাস্ত্র পাউ। অশেংব ভক্তিগ লোয়নন ঈশ্বরগী মরমদ খল্লু অমসুং ধ্যান তৌ অদুগ মহাক অদুদ তিনজৌ। পুন্সিগী লমথুংফমদু মসিনি।

## পুক্নিং অসিবু ঙাকপীগনু

চুম্ন ঙাঙব হৈবগী, মমল য়াম্লব অধ্যাত্মিকী ভাষণ তাবন অধ্যাত্মিকী লম্বীদ করিসু ওইরোই। নঙন মথোয় অদুগী মতুং ইন খুবক তৌগদবনি। মদুবু সাধনা তৌবদ নঙগী থম্মোয়, থল্লায় অমসুং পুক্নিং পুম্নমক শীজিন্নগদবনি। মদুতদ নঙন লম্বী অদুদ চাওখৎপ ঙমগনি।

নঙগী গুরুগী পাউতাক অমদি ধর্ম্ম শাস্ত্রন তাকপশিং অদু চপচান ইল্লু। পুক্নিং অসিবু ঙাকপিরুগনু। নঙন চপচান, হোংদোক্নন, চেকশিন্ন পাউতাকশিং অদু ইনগ-দবনি।

নঙগী সত্বগীদমক খৎনরুগনু। নঙগী নথোংগী মরমদ হেন্ন অদুগ সত্বগী মরমদ রাৎন খল্লু। সত্বশিং অসিদি

কাম্নদব খাক্তনি। মসিদি মতম অমস্থুং শক্তি মাঙহনবনি।
নঙগী জীবন-সত্ত্ব ওইব দৈব্য-জ্ঞান অদু ভান্নু। মসি খণ্ডু
অদুগ অশিংব ওইয়ু।

## অচুম অয়াম থমব তম্মু

পোৎশিং অসিগী মকম অমস্থুং মকম খণ্ডু। পঙ্গমু।
পুক্নিংগী ঈহৌবু ভক্তি ওইন লান্ন লৌগম্নু। সঙ্কীর্ত্তন তৌ-
রিঙৈদ খঙহৌদন চোংখৎপদুবু অধ্যাত্মিক সমাধি ওইন
লৌরুম্নু। রজ গুণগী পোথাকম খণ্ডলন মোক্ষ অদুবু কর্ম্ম
যোগ ওইন লৌরুম্নু। তম গুণগী অকনব মতৌ অদুবু সত্ত্ব
গুণ ওইন লৌরুম্নু। টন্দ্রি নত্রগ কম্ন তুম্বদুবু সমাধি ওইন
লৌরুম্নু। মনোরাজ্য নত্রগ ভাবন দলান শাবদু ধ্যাননি
খল্লমু। মপানগী কি শেত্তবকু জীবন-মুক্ত ওইন লৌরুম্নু।

সংসারগী নিয়মশিং অসি খণ্ডু। পৃথিবী অমির
হৈ-শিংন চৎলু। প্রকৃতিগী অরোনব তত্ত্ব অদু খঙু।
অচুম অয়ান খন্দোকপ তম্মু অদুগ অশিংব অম ওইয়ু।
মনুংগী লান অদু অমুক শোন্নখো অদুগ নমায় পাক
খোরকউ।

## কৃপা কৎনবগীদমক নুংঙাইব থাদোকউ

অধ্যাত্মিকী খৌইনশিন অমদি যোগ সাধনা হায়বশি
তশেংবদি অথুম্ব নুঙাইবদুনি, তৌইগুম্বমুং মসি থাব্রব

অমগুম উই। খারব ইন্দ্রিগী অপাম্ব অসিন অথুম্বগুম উই। মসি অবিদ্যান জ্ঞাণ অসিবু কাং-খোং চাইহনবদগীনি।

অফব ঈশৈ নত্ৰগ খোঞ্জেল খর খন্দোকউ অদুগ মুমিদাং নঙগী স্বরূপশিং অমদি মন্ত্রী-মতাশিংগ লোয়নন শকউ। মুংথিলগী মতমদ নঙন থবক তৌরিবৈদ ফাওব নঙগী খনগৎলব ইষ্ট মন্ত্র অদু শোনব য়াই। মসিন নঙোন্দ অধ্যাত্মিকী রাখল অম লেপ্তুন পীগনি।

নঙন মতম পুম্নমক্ত খাইদগী ফজরব, লোম্ব নাইদ্রব, মীওইব পুম্নমক্কী অপূনব সম্পতি ওইব আত্মজ্ঞাণগী মরক অদুদ ঙানব ওইরসনু।

## চুম্ন খল্লু

পুক্লিং অমসুং মুংগী হকচাং অসিবু য়াম্ন অমাঙব ওইহল্লি। রাবদগী শক্তি মাঙলকই। মসিন মীওইবগী জীবনী শক্তি অদু চাকথেকহল্লি অমসুং মপান্দ থাদোকখি। অরাবগী শাজৎ অসিন করিগুম্ব কান্নব অমত্ত লৈতে। মিৎ-না শিংঙু। নপুক্লিং অদু থবক চিলহল্লু। অরাবগী শাজৎ অদু কোকখিগনি। দৈব্য-জ্যোতিন তপ্ন, লেপ্তুন চাকহল্লু। কন্ন লেপ্ন, হোংব নাইদ্রব আশা লৈয়ু। থৌনা, পুক্লিং লেপ্ন অমসুং পুক্কিগী অরেপ্প মরম অদু লৈয়ু। ঈথক হোগনু।

হৌজিক, অপঙবদ কম্ম তূম্ব অদুদগী মিকপ থোক্লে। লাইবক্ক তম্বদ কদৌঙৈদসু থাজরুগনু। চুম্ম খল্লু। চুম্ম তৌ। ধর্ম্ম চেল্লব পূন্সি অম ওইন লেল্লু। অতোপ্পগী মপুক্লিং নাহনগনু। নশাগী লমচৎ শেমগৎলু। নপুক্লিং শেংদোকউ। ধ্যান তৌ। নপুক্লিং অদু ইবুঙো মঙোন্দ হাপ্পু।

## নশাগী ৱাখল লাকশিল্লু

নঙগী জ্ঞান্দ ফাওরব নিয়মশিং অদু কম্ম পায়্যু। মদুবু পূক্লিং চঙন অমদি থাজন ইল্লু। নহাক চাওখৎলক্কনি অদুগ লোম্ব নাইদব নুঙাইবগী লমদম অদু ফংগনি। মথৌ পাঙথোকপন মী অমবু নুঙাইহল্লি, থুনমক চাওখৎহল্লি অমসুং মনীং তঙ্কল্লি।

থৌদোকশিং অসি তূংথ-মাংথ নত্ত্রগ মথং মনাও নাইন চৎলি। মসি চপ-চান লেঙদ্রব মওং অমনি। পোৎ অহুমথক, হায়বদি অপাম্ব, ৱাখল অমদি থবক অসি মতম পুন্নমক্ক পুন্ন চৎলি। হকচাং অসিবু থবক তৌহল্লিবসি ৱাখলননি। থবক থূদিংগী মরুমদ ৱাখল অমমম লৈ। নঙন ফত্তব ৱাখল লৈরবদি ফত্তব থবক তৌরক্কনি।

অশিংব অম ওইব তম্মু। অচুম-অৱান মশক খঙঙু।

রাখল অমসুং অপান্দবশিংবু লাকশিল্লু। নঙগী রাখল অদু চেকশিন্ন য়েংঙু। মঙগী মনোরাজ্যগী খোঙ্গাংল অদুদ ফত্তব রাখল অমত্ত চঙহনগনু। আত্মজ্ঞানগী অপাম্বদু য়োকখৎলু। নহাক পুন্সিগী লমথুংকম অদু ফংগনি।

## ঈশ্বরদ কৎপ ওইন থবক তৌ

ঈশ্বরদি অচৌবনি। নশা পুন্নমক মহাক্কী আশাদ চংজৌ। মহাক্কী আশাদি অচৌবনি অদুগ মহাক্কী থবকশিং অসিদি অশিংবনি। অপুনব কম্মগী খোঙচৎ অসিদ কনাগুম্ব অমত্তন রারোব অমদি রাকৎপ ঙমদে। প্রকৃতিগী থবকশিং অসিগী ইতিহাসত, মতম পুন্নমক্ত থৌদোকশিংদগী ওইব অধ্যায় অম লৈরি। ঐখোয় পুকচেল শেংসি, অদুগ ঐখোয়গী থবক অমসুং মহৌশিং অদু মহাক্কী খুয়াদ কথোকসি। কদৌঙৈদসু, ঐখোয়ন মহাকপু কাউগনুসি। ঐখোয়ন পৃথিবী অপুম্বসিগী শান্তি ওইনব প্রার্থনা তৌসি।

আত্ম-জ্ঞান তানবদ নহাক অরেপ্প লৈতন চৎথব ওইসনু। মতম পুন্নমক্ত শান্তি হায়বদুন নঙবু কৌনশিনবিসনু।

## অশেংব ওইন্নু, ফত্তব ৱাখল মাঙহল্লু

নঙন জপ অমস্যুং ধ্যান তৌরিবৈদ নঙগী নপুক্লিংদ ফত্তব ৱাখল চঙলক্লবদি মদুবু তাম্থোক্লব নঙগী অকনব ইচ্ছা-শক্তি শীজিন্নগনু। চুম্ন নঙগী শক্তি মাঙদুনত তোককনি। নঙগী শক্তি অদু হেন্ন-হেন্নত্তম দরকার ওইরক্কনি। নঙ নশা চোকথদুনত তোককনি। নঙন অদুপকী মতিক কম্ন হোৎনরিব মখৈ ফত্তব ৱাখল অদু শরুক অনীদুম হেনগৎলক্কনি। মখোয়দু য়াম্ন থুনস্যু হঙিল্লকনি। ৱাখল অদু হেন্ন মপাঙ্গল কনখৎলক্কনি। খেন্নব থমগনু। তুমিন্ন লৈয়ু। মখোয় অদু থুনমক চৎখিগনি। অফবগী ৱাখলন ওন্ন-তৈনবদুগী মহুৎ শিনজিল্লু, নত্রগ নঙগী নীংজরিব লাই অমদি মন্ত্র অদুগী মওং অম হন্ন হন্ন লাকশিল্লু। কম্ন প্রার্থনা তৌ।

নোংম ফাওব ধ্যান তৌব লেপকনু। নঙগী অধ্যাত্মিকী সাধনাদ নিয়ম অমস্যুং চাং নাইয়ু। সাত্ত্বিক আহার চাও। উহৈ অমস্যুং শঙ্গোমন পুক্লিংগী শক্তিদ মতেং ওই।

## বিবেকী চেদ্র পায়থৎলু

নঙগী নপুক্লিংগী মঙাল পুম্নমক অদু পুনশিল্লু। ঈশ্বরগী জ্ঞান অদু তানবদ শীজিন্নবগীদমক অয়্যোবীদ য়োকখৎলু। কম্ন লাম্থেংনো। নঙন নমায় পাক্কনি।

অক্পিব, চেকশিনব, অৱাব অমদি নুংনাংব মথল পুন্নমক থাদোকউ। মৌন সমদ্রুদ পোত্থাত্নুন লৈয়ু। বিবেক্কী চৈ অমদি বৈরাগ্যগী থাঙশাং পায়থত্তুন অকিব পুন্নমক মাঙহল্লু।

খ্বাইদগী চাউব ইবুঙো মঙোন্দ তে বাংবিনব অমদি লমজিংবিনব প্রার্থনা তৌ। মহাক্কী কৃপাবু খৌরাংজো। নঙগী থাজবদু মঙোন্দ থম্মু। খুদোংথীবনা নঙবু লেঙহন-গন্নু। খুদোংথীবন নঙগী নীংবগী শক্তি হেনগৎহল্লি অদুগ নঙগী খাঙবগী শক্তিবু মপাঙ্গল হাপ্লি, অমসুং নঙগী নপূক্রিং অদু ঈশ্বরদ ওনশিলহল্লি। মহাক্ন নঙগী থবক থোৱম খূদিংদ নতেংগীদমক লমজিংবীগনি।

## ঈশ্বরবু থাজো

লেপ্তুন থবক তৌব পুন্সি অম ওইয়ু। কনাগুম্ব অমত্তগী মখা পোল্লুগন্নু। ঈ এত থাজো। অতনবগী ৱারেম থাদোকউ। মিকুপ খূদিংদ ঈশ্বরবু নীংশিংজো। শ্বর হোনব খূদিংগী ইবুঙো মাগী নাম শোল্লু। নঙগী ৱাথল অদু ইবুংঙো মাগী খূয়া থম্বালদ চঙজো মাবু চৎন থাজো। নঙগী থাজবদুবু পুক্না তোহনফম অমদি মুংশিনফম ওইহন্নব কন্ন হোৎনৌ। নঙন অথোইব নুঙাইবদু ফংগনি।

শেংন অমদি চুম্ন খল্লু। চাংকরু রা ঙাঙব মীশক অম ওইযু। ত্যাগকী থবক খব তৌ। ইবুঙো মঙোন্দ থবক্কী মহয়শিংড়ু কপোকচৌ। ঈশ্বরদ মহাক্কী থৌজাল, দৈব্য-জ্ঞান, অশেংব অমদি লমজিংবীবত্তু পীবিনবগীদমক প্রার্থনা তৌ। নঙন অথোইব খুবমড়ু ফংগনি।

## লোম্ব নাইদব নুঙাইংদি সূপ্নগী ঈশ্বরতনি

নিত্য সুখ (লোম্ব নাইদব নুঙাইব) অমদি পরম শান্তি (অথোইব শান্তি) হায়বসি সূপ্নগী ঈশ্বরতদ ফংই।

মরম অড়ুন খ্বাইদগী চাউবব ইবুঙো মঙোন্দ প্রার্থনা তৌ:—"ও। ঐগী প্রভু। মথলমখা অয়াম্ব কান্নদব রাখল মযাম লোকউবদা, অবেঙদ ভাবকী দলান কয়া শারুবদগী অমদি মশীং লাকতমদ্রব অপাম্ব কয়া থুংহল্লুবদগী ঐগী থম্মোয় অমত্তং পূন্নিংতসি শাথিবব অনাবগী জখম অম ওইরে। ওকচরে, ঐবু কনবিরো। ও প্রভু, ঐবু কনবিরো। ঐগী পূক্নিং অসি নঙগী মখোঙ থম্বালদ ওনশিলহনবিয়ু। নঙোন্দ মসিগী পোত্থাফম ওইহনবিয়ু। মসি ঐগী অকনব প্রার্থনানি। মসিদনি ঐন পামজব। নঙদি ঐগী থম্মোয়বু খঙবিরিবনি।" মহাক্ন নঙগী থবক থৌরম খুদিংদ লমজিংবিগনি।

## লাইরবশিংদ লৈব ঈশ্বরদু খুরুম্মু

চুম্ন খনব অমসুং চুম্ন খঙব তম্মু। বিশ্ব-প্রেমবু য়োক-খৎলু। ওইজব থাদোকউ। যম অমসুং নিয়ম সাধন তৌ। ধর্ম্মগী গুণশিং য়োকখৎলু। লাই লৈ হায়ব থাজো। খ্বাইদগী চাউব মঙোন্দ মুতিগী খুরুমজো। নঙোন্দ দৈব্য-কৃপা লাকনি।

অশেংব রাখলশিংন অমাংব রাখলশিং মাঙহল্লু। তনগন্মু। মতম পুম্নমক্ত মিৎ না শিংঙু। অপঙবগী য়ুখল অদু হাংদোকউ। নশাবু খঙঙু অদুগ ননীং তম্মু।

লাইরব অমদি অনাবশিংদ লৈরিব ঈশ্বর অদু খুরুম্মু। মী খুদিংবু য়াম্ন মুংশিন সেবা তৌ। নঙন তথোইব শান্তি, থৌজাল অমদি লোম্ব নাইদবদু ফংগনি।

## ঈশ্বরদ মরা তান লৈয়ু

নঙগী পুন্সিগী লমথুংফম অদু খঙঙু। নঙগী লমথুং অদুগ চা-নব থবক্কী লম্বী অম য়াথোকউ। ফিদম অদু পাঙথোক্নব থবক কম্ন নোম্মু। নঙগী নমাঙদ ফিদম অদু থম্মু অদুগ মিকুপ খুদি·মকসি মদুগী দমক শীজিন্নৌ।

অকাউব অমসুং চেকশিন্দব হায়বসিবু লৌথোক-খিনব অচেৎপ অপাম্বদু লৈয়ু। নঙগী শক্তি অমসুং তৌব-ঙম্বশিং অদুদ চেৎন থাজো।

সংসারগী মায়পাকপ, মায়থীব, মাঙব-তোংব অমদি অন্নাব মুঙাইবনচিংব অহোংবশিং অসিগী মরক্ত নশাগী ওইব পূক্লিংগী ফিরেপ অম চেৎন থম্মু। থবক-থনাশিং অসিগী মরক্ত নপূক্লিং অদু ঈশ্বরদ মরা তান থম্মু। ভক্তিগী মৈরী অদু হোগৎনবগীদমক "তীব্র বৈরাগ্য" অমদি অচেৎপ ধ্যানগী মৈহুম উতোং অদু পায়থৎলু।

## ঈশ্বরদি নুংগী রায়েনবনি

ঈশ্বরদি নুংগী রায়েনবনি। মহাক্ত পূক্লিং, হকচাং অমসুং ইন্দ্রিশিংবু শাজে পায়দুন থবক তৌহল্লি। ইবুঙো মাগী খূত্ত লৈব খূৎলাই অম ওইয়ু। নঙগী থবক অদুগী-দমক থাগৎপ নত্রগ শীংথাব পাম্মুগনু। ইবুঙো মঙোন্দ থবক অমসুং থবক্কী মহৈ অদু কথোকউ অদুগ থবকপু চুম্ন নথৌ অম; ওইন তৌ। নহাকপু কর্ম্মন পুনব ঙম্লোই। নঙগী থম্মোয় অদু থুনমক শেংলক্কনি।

"ঐ অসি নঙগীনি, পুম্নমক ননাই ঙাক্কনি, ঐগী প্রভু। নঙন তৌবিব ঙাক্কনি" হায়ব মন্ত্রসি শোল্লু। অরুম্ব ভারি পুম্নমক মঙোন্দ হুঞ্জিন্দুন য়াংন লৈয়ু। নঙগী অপাম্ব অমত্ত থম্মুগনু। ইবুঙো মঙোন্দ চিংনব লৈতন, অথাকপ লৈতন, মরম অমত্ত য়াওদন আত্মা সমর্পণ তৌদুন অপঙববু

মপুং ফান মাঙহল্লু। নঙগী চঙজব অদুন মপুং ফারব অমসুং পূর্ণচেন্না শেংব ওইরবদি দৈব্য-কৃপাগী ঈচেল অম মনীং তম্ন লাক্কনি।

## নশাবু থিজিনব হৌরো

থম্মোয় মন্নুংদ অমদি কোকথক্ত লৈব ঈশ্বরদগী লোয়নন থবক শূমিন্নৌ। বিধাতাগী নোংদম্ব আশাবু চেৎনা থাজৌ। চাকপিব, বিশ্বপ্রেম, খ্বাইদগী ফজব অমদি শীনথুংনা লৈব দৈব্য-গুণশিং অসুদ ধ্যান তৌ। নঙন পূর্ণিদ অমদি ঈশ্বরবু থিজবদ নমায় পাক্কনি।

ওইজব থিব, কল্পকপ, গিহৌবশিং অদু লৌথোকতুনা খ্বাইদগী চাউব ইবুঙো মান লেঙশিল্লক্কনা লেবিরনব নঙগী থম্মোয় মন্দির অদু হাংদোকউ। তরেঙ্গদ খন্ন-নৈনব পূন্নমক থাদোকউ, অদুগ নশা নত্রগ ঈশ্বরদু থিবদ চুম্ন চঙশিল্লু। মন্নুংদ নঙন মপান নাইদ্রব অধ্যাত্মিক্কী পাঙ্গল ফংগনি। অমম্বদ থাজব অমদি চিংনব পূন্নমক থাদোক্লো। নমথব ঙমদ্রব অনীংব অদু য়োকখৎলু। আত্ম-জ্ঞান ফংনবগীদমক লেপ্তুন চঙশিল্লু। নঙন অথোইব শান্তি, কৃপা অমসুং লোম্ব নাইদবদু ফংজগনি।

## "ঐ কনানো" হায়বসি থিজিল্লু

অরা-না নঙব, থাওব কনব, ঙাকপীব অমসুং নুংশিববু য়োকখৎলু। বিচার-সাধন তৌ। "ঐ কনানো ?" হায়বসি থিজিল্লু। অতোপ্পবু আত্মা ভাবত সেবা তৌ।

শ্রুতি অমসুং শাস্ত্রশিংবু থাজো। অতোপ্পগ লোয়নবদ নঙগী লমচৎ শেমজিল্লু। পূন্নমক্কী মফমদ নপুক্কি দ খুকম্মু। মুক্তি অমসু অশেব বৈরাগ্যবু বন্ন খোরাংজো। পূবচেল শেংঙু অমসুং নোংবউ। নঙগী নীংবগী শাক্ত হেনগৎহল্লু। শক্তিগী তহোব মখূনশিং মেনশল্লু। নুংগী ওইব রুতিন অম থম্মু অমসুং মচু শোয়দন চৎলু। হোংলৎলকউ। পুন্সি অসিদ নমায় পাকউ। ঈশ্বরবু খঙঙু।

## থিয়ু, খঙ্গু, হাকখেংনো

ধর্ম্মগী থাওমৈ অদু কয় পায়শিল্লু। দৈব্য প্রেমগী রাখল অদু য়োকখৎলু। মায পাকপ অমসুং মায নীংদ নপুক্কিং অদু চাং মান্নন লৈয়ু। ইন্দ্রিশিংবু লাকশিল্লু। নপুক্কিং মকা লান্ন লৈয়ু। ঈশ্বরদ পূকি থয়ু। রাধাব কৃপানা লমদম অদু তম্ন কাখৎলু। অনন্ত ওইব অপুনবদ য়েংঙু। নঙন বিশ্বরূপ অদু উগনি।

অকিব, অশাউব, থৌশাদব, অরাব অমসুং লাঙতরব পুন্নগক থাদোকউ। মায়থীবন থম্মায় কনশিল্লনা অম

ওইগনু। সংসার অসিদ অরাব হায়বসি খ্বাইদগী করব অমনি। মসিদি মিৎ পাওহনব অমনি। মসি কদৌঙৈদস্তু কাউগনু।

চান্নরব মরূপ, শেন-থুমগী খুদোংচাব অমস্তুং ইলেক-ত্রিক থাওমৈ, হুমাই অমদি সোফানচিংব মুঙাইবগী পোৎচঙ খর অসিন নঙোন্দ অশেংব, অঙৈংব, নীংতম্ব, শান্তি অমদি মুক্তি পীব ঙম্ব্রা? শোয়দনমক্কী ওইথোক্কবনি। থিয়ু, খঙঙু অদুগ হাকথেংনৌ। নওবু লমজিংবিব লাক্লগনি।

## মনুং হঞ্জিন্ন য়েংঙু

নওগী পুক্লিং অমস্তুং ব্রাখল অদু য়েংশিল্লু। মন্নুং হঞ্জিন্ন য়েংশিল্লু অমস্তুং নশাবু কূপথন খিজিনবগী সাধনা অদু তৌ। ফত্তব সঙ্গ থাদোকউ। মায়াগী লমচৎ খঙঙু। নমিৎ-ননা শিংঙু। য়াম্ন নোল্লুকউ অমস্তুং চম্ন লেল্লু। মিকুপ থুদিংগী ঈশ্বরবু নীংশিংঙু।

নাপল তৌব, নশাগ চাশিন্নব অমস্তুং অতনব থা-দোকউ। অয়ৌবী থাক্ত নোল্লুকউ। পুকচেল শেংঙু। পুম্নমকপু মুংশিন সেবা তৌ। নথক থোংব অমস্তুং নমা নপাবু ব্যবহার তৌ। চম্ন লেনব, কম্ন নোম্ব পুন্সি অম লেল্লু।

নঙগী থৌনাদু য়োকখৎলু। ঈশ্বরদ মপুং ফাননা থাজো। নপুক্কিং অদু মথৌ চিলহল্লু। সুমিৎ থূদিং ধ্যানগী সাধনা তৌ। ধর্ম্মগী গুণশিং অদু য়োকখৎলু। ইবুঙো মাগী নাম শোল্লু। মহাক্কী দর্শনবু থৌরা জো। নঙোন্দ দৈব্য-কৃপা লাকনি। নঙন অথোইব শান্তি, কৃপা অমদি লোম্ব নাই-দবদু ফংগনি।

## মহাকপু নঙগী থম্মোয়নুংদ থিয়ু

ঈশ্বরদি নঙগী থম্মোয়দ লৈবনি। মহাক্তি নঙোন্দ লৈবনি, অদুগ নঙসু মঙোন্দ লৈবনি। মাবু নঙগী থম্মোয়-নুংদ থিয়ু। নঙন মাবু মফম অদুদ ফংদ্রবদি অতোপ্প মফম অতৈদসু ফংলরোই।

ঈশ্বরবু থিবগী ল্লাহং অসি নিজব অমসুং পীবিবগী ল্লাফম অমনি। নঙন তশেংন ঈশ্বরবু পাল্লব অমদি নঙন তশেংন ঈশ্বরদগী করিগুম্ব খর নিজরব অদু ওইরবদি থূদক্ক পীবিরকনি।

অপঙব, মায়াগী পুন্সিদ নম্সিনবদু থাদোকউ। অকীব লৈতব অম ওইয়ু। বৈরাগ্যদ চঙজো। অকীব পুম্নমক মতোমত শিজখিগনি। ইবুঙো মাগী থুয়া থম্বালতদ চঙজো। উব ঙমদব, উব ফংদব ব্রহ্ম অদুদ চঙজো। নঙগী

থবক-থনা খূদিংমক্ত খ্বাইদগী চাউরব ইবুঙো মান লম-জীংবিব ওইরসনু।

## ফত্তবশিংদু লৌথোকখো

নঙগী অশেংব শকফম্বু কূপশিল্লিব অপঙবগী ফত্তবশিং অদু লৌথোকখো। অপঙব, লাম্বা পাবগী রাখল অমস্তুং কায়নবগী ভাব অদু মাঙহল্লু। নঙগী অশেংব শকফমদি সৎ-চিৎ-আনন্দনি। নঙদি ব্রহ্ম অদু ওইন শক তাক্লরিবনি। কৈদৌঙৈদম্তু মসি কাউরগনু।

মতম পুম্নমক্ত নশাবু ফত্তবশিংদগী ঙাকথোকউ। অধ্যাত্মিক্কী লোয়নজরকপ নগুণশিং অদুবু ওন্থোকহনগনু। অধ্যাত্মিক্কী অমাঙব অসিদি অমুক ফংবদ য়াম্ন অরাব অমনি। মতম পুম্নমক্ত বিবেক অমস্তুং বিচারগী শাজেল তৌ। নঙগী রাখল অদু ফত্তবশিং চঙলকপ থিংবদ শীজিন্নৌ।

অপাম্ব থাদোক্তুনা, কম্ন নীংঙ্গুন অমদি য়াম্ন খাঙদুন নঙগী নীংবগী শক্তি হেনগৎহল্লু। অপেনব, মুঙাইব, বিচার তৌব, সৎসঙ্গ অমদি য়াম্ন খাঙদুন শান্তি তানশিল্লু। নহাক্কী নগুণ অদুতন ঙানগনি।

## মনুংদ য়েংঙু

নঙগী মনুংদ লৈরিবদু লোত্তুন লৈব ঈশ্বর অদুনি। নঙগী মনুংদ লৈরিবদু শিব নাইদব থরায় অদুনি। নঙগী মনুংদ লৈরিবদু লোইব নাইদ্রব অধ্যাত্মিকী লনগৈ অদুনি। নঙগী মনুংদ লৈরিবদু কৃপা সমুদ্রনি।

নঙন মপানগী মাঙখিগদব ইন্দ্রিশিংদ থিরিব নুঙাইব অদু মনুংদ থিয়ু। নঙগী আত্মাদু শান্তি ওইন পোত্থাদুন লৈয়ু।

লৈজব খূদিংমক মঙোন্দ বথোকউ। নঙগী অপঙবদু মাগী খুয়াদ চঙজো অদুগ ইকোম-কোম্ব লৈয়ু। মহাক্ন নঙগী নহুৎ শিনবিগনি। মহাক্ন থবক খূদিংমক নহাক্কী-দমক্ত তৌবিগনি। সাধনা তৌ। খঙু। কম্ম হোৎনৌ। অথোইব অদুদ নুঙাইয়ু।

## জ্ঞান্ন নীংতম্ব পী

ওইজব থাদোকপগী সাধন অসিন পাপ অমস্তুং শেংদব কয়া মাঙহল্লি, অদুগ অন্তকরণবু শেংদোকপি। অশেংব পূক্নিংদ আত্ম-জ্ঞান ফাওরকই। আত্ম-জ্ঞান হায়বসিদন নীংতম্বগী অমত্ত ঙায়রব লম্বীনি। মৈ য়াওদন চাক থোংব য়াদে, মতৌ অদুম্ব আত্ম জ্ঞান য়াওদন নীংতম্ব য়াদে।

জ্ঞান হায়বসিদন অপঙববু কোকহল্লি ; মতৌ অদুম্ম মঙাল হায়বসিদংন থ্বাইদগী থারব তমথীরব অমঘবু কোকহনব ঙম্মী।

নঙগী থবক অদুদ লুপশিল্লু। নঙগী থস্মোয়, থবায় অমসুং পুক্নিং পুন্নমক চঙন তৌ। ফলগীদমক থৌশারু-গন্নু। মায়পাকপ অমদি মায়থিবগীদমক খল্লুগন্নু। হৌখি-বশিংদুগীদমক খল্লুগন্নু। মপুংফান থাজর লৈয়ু। নশাবু থাজবগী সাধনা অদু তৌ। মতম পুন্নমক্ক মায়থোং মকা-লাম্ম লৈয়ু। পুক্নিং অসি ঈংন চাং অমত্তদ লৈয়ু। থবক্কী-দমক্ক থবক তৌ। অকিব লৈতব থৌনা ফব অম ওইয়ু। নঙন তৌরুব থবক থূদিংদ নমায় পাক্কনি। মসি মায়-পাক্কবগী অয়োনব তত্ত্ব অদুনি।

## লেঙদন ফম্মু

ফিবম ফত্তে হায়দুন ব্রাকৎকন্নু। নঙগী পুক্নিংগ চা নব সংসার অম শেমদুন ফিবম শেমগৎলু। নঙগী লমচৎ নীংথিন শেমগৎলু। মশা-মত্ত ফরব ধর্ম্ম চেল্লব লমচৎ অম শেমগৎলু।

নঙগী পুক্নিং, ব্রাখল্ল অমসুং নীংশিংবগী মরমদ লৈব আত্মাগী চীংয়েম্বব, মগুণ অমসুং শক্তি অদু খঙু। চাং

নাইন হকচাং শাক্লেল তৌদ্রন নঙগী নশা অদু কম্ন অমদি কন থম্মু। অধ্যাত্মিকী লময়ানব অম ওইয়ু।

ইন্দ্রিগী থোঙশিং অদু থিংজিল্লু। রাখল, পুক্লিং অমস্তুং অপাম্বশিং অদু তুমিন্ন লৈহল্লু। অঙনব অয়ুকী পুংফমদ পুক্লিং মুঙাইন লেঙদন ফম্মু। থঙজিনব অমদি লৌশিনবগী ফিবমদ লৈয়ু। ঈশ্বরগ লোয়নন চৎমিন্নৌ। মহাক অমত্ত ওইয়ু। অচীকপদ শন্দোকইব শান্তি অদুদ মুঙাইজৌ।

## তাও, থল্লু, ধ্যান তৌ

পুক্লিং অমস্তুং ইন্দ্রিশিংবু লাকশিল্লু। পুকচেল চাউব ধর্ম্মশিংবু য়োকখৎলু উপায় মরি অদু য়োকখৎলু। শ্রুতিশিংন হায়ব তাও। আত্মাগী মরমদ থল্লু অমস্তুং ধ্যান তৌ। মসিন আত্মজ্ঞানগী ফল অদু পুরকনি।

অমম্বদ থাজরুগনু। করিগুম্ব অমদ অচুম্ব মরম অদু থিজিল্লু, অদুগ লৌশিল্লু। অপাম্ব, মিহৌব অমস্তুং অশাউব থাদোকউ। নঙগী পুক্লিং, রাখল অমস্তুং পাঙ্গল অদু অতোপ্পশিংগ শরুক য়ামিন্নৌ। অতোপ্পগী সেবাদ হৈনব তম্মু। নঙগী অপঙব অমস্তুং অপোঙবশিং অদু লোইন মাঙখিগনি।

থম্মোয়গী থাউমৈদ বৈরাগ্যগী থাউ হাপ্পু। ভক্তিগী দোশি হাপচিল্লু। হৌজিক্তি তত্তন ধ্যান তৌদুন জ্ঞানগী থাউমৈ অদু চুথংলু অদুগ খঙঙু। অপঙবগী অমম্ব অদু মাঙখিগনি। নহাক অসি মপুং ফান ঙাল্লব অম ওইরনি।

## ব্রাহ্ম্যমুহূর্ত্তদ ধ্যান তৌ

নঙগী থম্মোয় অদু শেংদোকউ অদুগ ধ্যান তৌ। য়াম্ন লুন, থম্মোয়গী লৈখা তান লূপথো। নঙন আত্মাগী মুক্ত ফংগনি। অরুব ঈশিংদ লূপ্লবতদ নঙন মুক্তা ফংগনি। নঙন সূপ্নগী সমুদ্র মপান্দদ লৈরবদি নঙন অকায়ব মকূ খর ফংগনি।

ও, মরূপ. মিকপ থোক্লো। অমুক তূমথরগনু। ধ্যান তৌরো। হৌজিক, ব্রাহ্মমুহূর্ত্ত ওইরে। ইবুঙো মাগী লৈফম নঙগী থম্মোয় মন্দির অদু প্রেমগী শোৈজে পায়দুন হাংদোকউ। থরায়গী ঈশৈ অদু তাও। নঙগী মুংশিজরব প্রেমগী ঈশৈ অদু শকউ। মপান নাইদব মুংশি ঈশৈ শক্কুন শাম্নৌ। মহাক্কী থৌজালদ নঙগী থম্মোয় অদু মহী চেলহল্লু। মহাক্ক অমত্ত ওইশিন্নৌ। প্রেম অমসুং কৃপাগী সমুদ্রদ নশাবু লূপশিল্লু।

## চাং নাইন ধ্যানগী সাধনা তৌ

নপুক্লিং অহ্ মশোং ফন্দোকহনগনু। মরু য়াওন ফোয়দৎলু। মসিদ মাঙহল্লু। নঙন থুনমক অচুম্বদু খঙ-লক্কনি অদুগ অরোইব মুক্তিহ্ ফংজগনি। অরাব, অনাব অমদি অপঙব পুন্নমক মাঙখিগনি।

নঙগী অরাব, অকিব অমসুং লাঙতক্নব পুন্নমক থা-দোকউ অদুগ শাস্ত্রন পীরিব লম্বী অদুদ চৎলু। শেংদব রাখল মাঙহল্লু, অশেংব রাখল য়োকখৎলু, অদুগ অশেংব মফম পুন্নমক্ত শন্দোক্লুন লৈব আত্মা অদুদ চাং নাইন ধ্যান তৌ।

মঙাল. শান্তি, কৃপা অমসুং জ্ঞানগী মশক ওইব ইবুঙো মঙোন্দ ধ্যান তৌ। অতনবগী রারেম. চাব, থকপ অমদি তৃম্বদ মতম মাঙহনগনু। পুন্সি অসিদি অরাংব মরম অমগীদমক্তনি। লাক্লো, থোরক্লো অমর খুবম অদু লৌররো।

## হৌরকফম অদুগ ঙরী লৈনৌ

ধ্যান হায়বসিদি অচৌব ঈশ্বরদু ফংনবগী গ্রাণ্ড ট্রঙ্ক রোডনি। মসি য়াওদন অধ্যাত্মিক্কী চাওখৎপ অমত্ত ফংব ঙমদে। মরম অদুন ধ্যান তৌ। মসিন নঙবু ভাব সমাধিগী

লমদম অদু য়ৌন পুবিগনি অদুগ নঙবু প্রেমগী খোইহী অমদি অমরগী অমৃত পীথক্কনি।

মরম অদুন ইন্দ্রিশিংদগী নঙগী নপুক্লিং অদু হন্দোকউ। মদুবু ইবুঙো মাগী থুম্না থম্বাগদ থম্মু। মসু'দ লৈব আত্মা অদুদ লুপশিল্লু। তুমিন্ন ধ্যান তৌব তম্মু। আত্মাগী কৃপা সমক্রু অদুদ ননীং তন্ন ইরোইজো। দৈব্য জ্ঞানগী মুঙাইব অদুদ তাউদুন শাম্লৌ। হৌরকফম অদুগ মরী লৈনৌ। দৈব্য-জ্ঞানগী ঈফুৎ অদুমক তন্ন চঙশিল্লু অদুগ অমৃত অদু থকচৌ।

## পুক্লিং চঙবন স্বর্গগী মুঙাইব ফংহল্লি

পুক্লিং চঙব হায়বসি সংসারগী অরা অনাশিং অসি, কোক্লবগী অমত্ত ঙায়রব লম্বী ন। নঙগী অমত্ত ঙায়রব নথৌদি ধ্যান তৌবসিনি। নঙন ধ্যান তৌনবগীদমক হকচাং অসি পোক্লকইবনি অদুগ ধ্যানগী লম্বীদ আত্ম-জ্ঞান ফংগদৌরিবনি।

নঙন লাইরিক অম পাব মতমদ মদু পুক্লিং চঙন পাগদবনি। চেনাশিং অদু চোংন-চো'ন, থুনমক পাবগী কান্নব করিস্নু লৈতে। গীতাগী লামায় অমত্ত' পাউ। লাইরিক অদু থুমজিল্লু। নঙন পাঞবশিং অদুগী মরীদ

ধ্যান তৌ। মহাভারত, উপনিষদ অমসুং ভাগবতনচিংবদ মতুগ মায়ব পরেংশিং থিবু।

## লেঙহনবগী মদন চীং-লেম্মু।

ফিবম পুন্নমক্তা ঈংন লৈবু। তত্তম, কন হোৎনদুনা মসিগী ধর্ম্ম অসি হন্ন হন্ন য়োকখৎলু। চীং-লেম্ব হায়বসিদি চীংদুমগুম্বনি। অশান্তিবগী ঈথরু মসিদ য়ৈরব য়াই অদুনু. মসিদ করি অমত্তু শোকহনব ঙমদে।

মতম পুন্নমক্তা চীং লেম্নব মনুংগী হোংব লৈত্রব আত্মা অদুদ ধ্যান তৌ। নঙন পুক্নিং মকা লাম্বদু ফংগনি। মকা লাম্নব পুক্নিংতদ দৈব্য-জ্ঞান লাক্কদবনি। পুক্নিং মকা লাম্নব সাধক অদুতন অরাংব থাক্কী ধ্যান অমসুং নির্ভিকল্প সমাধি য়ৌব ঙম্মি।

নথম্মোয় অদু শেংঙু। মাঙখিগদব পোৎশিং অসিগী-দমক খোশারুগনু। মতম কুইনগী হোংব নাইদ্রব অশেংব অদুদং চেকশিল্লু। অতনবগী রারেম, শাংন কোথ-ন ঙাঙব, রাজাও-ঙাঙব, রাংন ঙাঙব অমদি অকাম্ব রাংাঙশিং থাদোকউ। তুমিন্ন লৈমু।

মুংগী পরীক্ষা তৌ। মনুংদ য়েংশিল্লু। নঙগী অশোয়বশিং অদুচুংগোকউ। নঙগী চাইথোকপ্রব রাখল পুন্নমক পুনশিল্লু অদুগা ঈশ্বরবু নীংশিংজবদ শীজিন্নৌ।

য়াম্ন হেন্ন নোঙ্কুপ অম ওইয়ু। অফব লমচৎ পুন্নমক্কী তুংনফম অম ওইয়ু। মতম পুন্নমক্ত অফব থবক তৌ। সেবা তৌ। সুংশিয়ু। দান তৌ। অতোপ্পবু মুঙাইহল্লু।

## অচীকপদ অচুম্বন ঙালহল্লু।

তুমিন্ন লৈয়ু অদুগ অচুম্ব অদু খঙঙু। নমিৎ-ননা শিংঙু। অপাম্ব অমসুং পুক্নিং লাঙতক্লব কোকহল্লু। অপাম্ব, অপঙব অমসুং দেহগী ব্রাখলন পীকথরকইব মখৈ আত্মাগী থৌজান হেনগৎলকই। অধ্যাত্মিকী পুন্সি ওইন লেন্দুন, নঙন লায়-রব অমসুং অনাবশিংবু সেবা তৌদুন, মফম পুন্নমক্ত, মতম পুন্নমক্ত অমদি মায়কৈ পুন্নমক্ত ঈশ্বর লৈবদু খঙজদুন অমদি নঙগ মায়োক্নব পুন্নমক্ত মুঙাইব অমসুং শান্তি য়েনবিদুন কেবল্য নক্রগ লোম্ব-নাইদব শান্তি অদু ফংজব ওইরসনু।

## নুংগী খোঞ্জেল অদু তাও।

মীরা চৎপ, মীগী থৌইনশিল য়াব মীশক অম ওইগনু। নঙগী জ্ঞানগ তান্নদুন অমসুং নুংগী অপীকপ, অথুম্ব আত্মাগী খোঞ্জেলদু তাদুন থৌনা ফন অমদি পুক্নিং মকা লাম্ন অচুম্বগী লম্বীদ চৎলু।

সত্ত্বগুণগী মীওইশিংগ তিম্নৌ। মিকুপ খুদিংমক কান্নব থবক্ত শীজিন্নৌ। অনাব মীশিংবু সেবা তৌ। নঙম্মী অরৈব অদু লায়রবশিংগ য়েন্নৌ। নঙগী থম্মোয়গী কাচিন্দ লোৎলিব দৈবত্ব অদু হাংদোক্লকউ।

নপুক্লিংদ নঙগী গুরু মন্ত্র নত্রগ ইষ্ট-মন্ত্র অদু শোল্লু। [ওঁ] অঙম শোনবগ লোয়নন অশেংব, মপান নাইদ্রব, লোম্ব নাইদ্রব, অমর ওইব, শীম্থুংন লৈব, মপুংফারব, সৎ-চিৎ-আনন্দ, মচেং ওইদব, মপুম ওইব থম্মোয়-অতিয়া-নচিংব রাখলশিং অসিস্থ লোয়নৌ। পুক্লিংনস্থ পুজা তৌ।

## নঙ অসি আত্মানি হায়ব খঙঙু।

ইখঙ খঙহৌদব রাখলন হুমদুন পুব মীতা অম ওইগনু। ফন য়াম্ম পুকচেল চাউবগী থবক ওইদুনস্থ অনীংবন হুমদুন পুব মীতাদি ওইগনু। মতম পুম্নমক্ক নমিৎ-নন্না শিংঙু অমস্থুং থবক কম্ম নোম্মু।

মরম চাদন রাগনু। অতোপ্পগী রানবগী মরম ওইরুগনু। নপুক্লিং লাঙতক্লগনু। তনগনু। মতম মাঙহনগনু। মথা-তান চাওখৎপ ফংবদ থীল্লবস্থ থোইন রারুগনু। ঈংন ঙাইয়ু। নহাক নমায় পাক্কনি।

নহাক আত্মানি হায়বসি লেপ্তন খন্দুন থৌনা য়োক-খংলু। হকচাংনি হায়ব ভাব অসি লৌরুনু অমস্থুং য়ারুনু। সাধন তৌ, মতম পুম্নমক্ক নিধিয়াসন সাধন তৌ, খুদোং-থীব, অশোকপ পুম্নমক মতোমতা লোইজখিগনি। নঙন অশেংব কৃপাদগী মুঙাইবদু ফংজগনি।

## আত্মা হায়বসিদ হিংঙ্ ।

মূর্তিশিংগী মঙ অছুদগী মিকপ থোক্লো। মায়াগী মশক ওইরব মিং অমসুং মূর্তিশিং অসিন লৌনম তোঁহনগনু। মপুম ওইব অশেংব অদুদ চেংন পায়শিন্নু। নঙগী আত্মা অদুতবু মুংশিয়ু। অহিংবদি আত্মা অসিদনি। আত্মা হায়বসিদ হিংঙু। ব্রহ্ম অদু ওইয়ু। অশেংব পুন্সি হায়বছুদি মসিনি।

নোন্নুরু, ভক্তি তৌন অমদি থাজন আত্মাগী ডাক্তর ওইরবা সাধুশিংদ চঙজো। অদুন কৌব হিদাকী গুলি খর চাও। মতুংদ অপাঙবগী লায়না অদু মপুং ফান কোকখিগনি। নঙন মতম কুইনগী শান্তি ফংগনি।

মায়ান নমথাক তোঁহনগনু। ঈথক হৌদ্রব সমুদ্রগুম চীং-লেম্মু। অতিয়াগুম্ন পাকচাউরব থম্মোয় অম চেন্নু। মুক্তাগুম্ন অশেংব ওইয়ু। আত্মজ্ঞানগীদমক লেপ্পা লৈতন তান্নো। লৈপাকুম্ন থাঙব কল্লু। নঙবু মাপাকপন খুদ্রুম চল্লগনি। নঙন নমায় পাকচরগদবনি। শোয়দন পোত্থা তরগদোবনি।

## আত্মাদ নুংঙাইয়ু ।

লেপ্তুন থবক নোম্ব পুন্সি অম ওইয়ু। মতম পুম্নমক পুক্নিং মকা লাম্ন লৈয়ু। নঙগী ইষ্ট মন্ত্র অদু নপুক্নিংদ শোন্নু। পুম্নমক তিন্নো। পুম্নমকপু আত্মা ভাবত্তা সেবা তৌ। মখোয়দ লৈব ঈশ্বর অদু য়েংঙ্ ।

অধ্যাত্মিকী লম্বীদ মায়থীব অমস্তুং খুদোংথীববু কিক-গনু। খুদোংথীবশিং অচুন নগী নীংবগী শক্তি হেনগৎ-হনগনি। মায়থীব হায়বসি মায়পাকপগী খোঙথাক্কম সিড়ীনি। নগী জ্ঞান, অথোব রাথঙ্গ, অচুম-অরানগী শক্তি অমস্তুং সাধারণ জ্ঞান অদু শীজিন্নৌ। নঙন খুদোংথীবশিংবু অমমম ওইন লাকশিল্লকনি।

কম্ন লেঙদম লেপ্পু। মোমোন নোকউ। অকিব ১স্তুং লাওত্তক্লব কোকহল্লু। অধ্যাত্মিকী লম্বীদ অকিব লৈত্তন চঙশিল্লু। পুক্লিং হন্থগনু। মনুংদগী থৌনা, পাঙ্গল অমস্তুং শক্তি পুথোবকউ। চেকশিল্লু। নঙদি কনা অমত্তন লাক-শিনব ঙমদবজুনি। কনা অমত্তন নঙবু মাঙহনব ঙম্মোই। মত্তম পুন্নমক্ক চীং-লেম্ন লৈয়ু। আত্মাদ মোমোন নোকউ অমস্তুং নুঙাইয়ু।

## অঙাংগুম্ন লৌথুপ-লৌকোই লৈগনু।

নঙগী ওঝান তাকপচু কাউদনবগীদমক খঙজীংবা, লৌমীংব ফিবমদ লৈযু। অঙাং অমগুম্ন, মপুংফান মীমমদব, লৌ-থুপ-লৌকোই লৈত্তব, অমস্তুং মীচঙ-মীথায় নাইদব ওইযু। নঙগী গুরু অমস্তুং শ্রুতিগী রাহৈশিং অদুদ হোংব লৈত্তন থাজৌ।

মতম পুম্নমক্ত সেবাগীদমক্ত শেম-শাদুন লৈয়ু। অশেংবা মুংশিব, থৌজাল হৈবা অমসুং ব্যবহারগ লোয়্নবা সেবা তৌ। সেবা তৌবদ কদৌঙৈদস্সু, শূকথব-খোয়শাওনব নমায় উৎকনু। থবক্কী লমদ খমথেংনা পুক্নিং থিংজিল্লবা পুন্সি অম ওইহল্লু। ”

মীমুংশি খঙব, মুংশিচাউব, পুকচেল চাউব, খাঙব কনব অমসুং নোল্লুকপ গুণশিংবু য়োকখৎলু। অপাকপ নত্রগ চাং মাম্নব মীৎয়েং লৈয়ু। পুম্নমক্কী মীৎয়েং পুম্নমকপু মফম অম পীয়ু। নঙগী শন্দোক্লব পুন্সি অমসুং পাকচাউরবা থম্মোয় অম ফংগনি। নঙন য়াংলবা বুদ্ধী খুবম অদু ফংগনি।

## অচম্ব অমসুং নোল্লুকপ ওইয়ু।

মুঙাঙ্গৈরবা লমচৎ অম য়োকখৎলু। য়ানরবা লমচৎ, নোল্লুকপ অমসুং কোনশিন্দবা ফিবম অমদ লৈয়ু। প্রকৃতিগী অরোনবা তত্ত্ব অদু খঙঙু। নঙগী নীংবগী শক্তি অদু য়োকখৎলু। অহোব শক্তি পুম্নমক মেনশিল্লু। সংসার অসিদ হৈশিংন চৎলু। নঙন শান্তি য়াম্ন ফংগনি।

নঙগী মমল য়াম্লবা পুংশিং অদু অত্তনবগী য়ারেমদ হোৎহনগনু। য়ারীশাবদ শমজিল্লু। অচম্ব অমসুং নোল্লুকপ ওইয়ু। পুম্নমক ঈশ্বরদ কৎপ ওইনা তৌ। কোংন নঙগী

নরাল অদু য়াজো অদুগ মতুংদ নশাগী ক্বিবমদু কম হোৎ-নদুন শেমজিল্লু। থ্বাইদগী চাউরব ঈশ্বর অদুদ কম প্রার্থণা তৌ। নঙন মহাকপু থুনমক খঙজরক্কনি।

## লোম্ব নাইদ্রব নুঙাইবদুগী মহাও তংঙু।

নঙগী থম্মোয়দ তত্তন প্রেমগী ঈথক হৌহল্লু। দৈব্য প্রেমগী নুঙাইবদু ফংজহৌ। দৈব্য প্রেমগী নুংশা মঙান্দ ঈরুজৌ। অমর জীবনগী নুঙাইবদু ফংজৌ।

নঙন খুদোংথীব, নুঙাইতব, লায়না অমস্নুং অরাব মায়োক্নরগ ব্লাকৎকনু। থৌনা লৈয়ু। মথোয়বু থাঙব কম্বগ লোয়নন থাওঙু। নঙগী নপুক্লিং অদু ঈশ্বরদ ওনশিল্লু। নপুক্লিং ঈংব তম্মু। নঙগী নপুক্লিং অদু তম্বীয়ু। নঙন অঙকপ ফংলব নুংগী অধ্যাত্মিকী পাঙ্গল ফংগনি। নঙন তত্তন অধ্যাত্মিকী চাওখৎপদু ফংগনি।

নঙগী খুদোংথীবশিং অদু অমমম ওইন লাকশিল্লু। নুতিগী ধ্যান তৌ। পুন্সিগী ফিদম অদু খঙঙু। পাকচাউ-রব থব্বায় অম ওইয়ু। নঙন অথোইব কৃপাগী নুঙাইবদু ফংজগনি।

## মপান নাইদ্রব নুঙাইবত্ত খঙঙু।

নঙদি অরাংব মরম থরগীদমক্ত পোক্লকপনি। মঙ্গলগী মশক ওইরব, লংলব ভবিষদ অমন নঙবু ঙাইরি।

হৌগ্রবশিং অদুগীদমক খল্লুরগনু। শেংহল্লু। পুক্নিং চঙও। খল্লু। ধ্যান তৌ। মাঙদ চঙশিল্লু। থরায় অথোইব অদুদ নঙগী পোৎথাকম থিজো।

খুদোংথীব, তৌদ-ঘ্যাদব অমদি অরাবশিংন নঙবু কেন্না চেল্লহনগনু। মখোয়না নঙগী থম্মোয়দ থৌজাল পীবিরক্কনি। নঙগী নীংব অমদি থাঙব কনবগী শক্তি য়োকখৎপদ মখোয়ন মতেং ওইগনি। মখোয়দুন নঙবু অশিংব ওইহনগনি অমসুং নঙগী চাওখৎপদ মতেং ওইগনি।

থোনা লৈয়ু। কদোইঙেদসু নীংব কায়গনু। মুংদগী পাঙ্গল ফূদোরকউ। মাঙদ চঙশিল্লু। মফম পুম্নমক্ত শন্দোকতুন লৈব দৈব্যত্ব অদু খঙও। অকোয়বদ লৈম্নিব দৈব্য-গুণ অদু খঙও। অধ্যাত্মিকী হৌরকফম অদুদ লুপ্ন লুপথো। নঙন মপাম নাইদ্রব মুঙাইব অদু খঙলক্কনি।

## ঈশ্বরদ থাজন হিংঙু।

থৌজাল হৈব অমসুং অথুম্ব রা ঙাঙও। মহাত্মাশিংগী ভিম্নৌ। চম্ন চাও। নশা ফননবগীদমক চেকশিল্লু। মরুপ মপাং ওইব অমসুং সংসার পুম্নমক মচিন মনাও ওইবগী রাখলবু য়োকখৎলু।

নঙগী মমল য়াম্লব পুংশিং অসি মাঙহনগনু। নঙগী ফজব লমচৎশিং অদু থিদুন চুমথোকউ। মরম অসিদ

ধ্যান তৌ। মহাভারত, উপনিষদ অমসুং ভাগবতনচিংবদ মদুগ মাম্নব পরেংশিং থিয়ু।

## লেঙহম্নব ঙমদন চীং-লেম্মু।

ফিবম পুম্নমক্ত ঈংন লৈয়ু। তত্তম, কম্ন হোংনচুম মসিগী ধর্ম্ম অসি হম্ন হম্ন য়োকখৎলু। চীং-লেম্ব হায়বসিদি চীংদুমগুম্বনি। অশাত্তবগী ঈথক্ত মসিদ য়ৈরব য়াই অদুম্নু মসিদ করি অমত্ত শোকহনব ঙমদে।

মতম পুম্নমক্ত চীং লেম্নব মনুংগী হোংব লৈত্রব আত্মা অদুদ ধ্যান তৌ। নঙন পুক্নিং মকা লাম্বদু ফংগনি। মকা লাম্নব পুক্নিংতদ দৈব্য-জ্ঞান লাক্কদবনি। পুক্নিং মকা লাম্নব সাধক অদুতন অৱাংব থাক্কী ধ্যান অমসুং নির্ভিকল্প সমাধি য়োৌব ঙম্মি।

নথম্মোয় অদু শেংঙু। মাঙখিগদব পোৎশিং অসিগী-দমক থৌশারুগনু। মতম কুইনগী হোংব নাইদ্রব অশেংব অদুদং চেকশিল্লু। অতনবগী ৱারেম, শাংন কোথ-ন ঙাঙব, ৱাজাও-ঙাঙব, ৱাংন ঙাঙব অমদি অকাম্ব ৱাঙাঙশিং থাদোকউ। তুমিম্ন লৈয়ু।

নুংগী পরীক্ষা তৌ। মনুংদ য়েংশিল্লু। নঙগী অশোয়বশিং অদু চুমগোকউ। নঙগী চাইথোকপ্রব ৱাখল পুম্নমক পুনশিল্লু অদুগ ঈশ্বরবু নীংশিংজবদ শীজিন্নৌ।

য়াম্ন হেন্ন নোঙ্কুকপ অম ওইয়ু। অফব লমচৎ পুন্নমক্কী তুংনফম অম ওইয়ু। মতম পুন্নমক্ত অফব থবক তৌ। সেবা তৌ। সুংশিয়ু। দান তৌ। অতোপ্পবু মুঙাইহল্লু।

## অচীক পদ অচুম্বন ঙালহল্লু।

তুমিন্ন লৈয়ু অদুগ অচুম্ব অদু খঙঙু। নমিৎ-ননা শিংঙু। অপাম্ব অমসুং পুক্নিং লাওতক্লব কোকহল্লু। অপাম্ব, অপঙব অমসুং দেহগী ৱাখলন পীকথরকইব মখৈ আত্মাগী থৌজান হেনগৎলকই। অধ্যাত্মিক্কী পুন্সি ওইন লেন্দুন, নঙব লায়-ৱব অমসুং অনাবশিংবু সেবা তৌদুন, মফম পুন্নমক্ত, মতম পুন্নমক্ত অমদি মায়কৈ পুন্নমক্ত ঈশ্বর লৈবদু খঙজদুন অমদি নঙগ মায়োক্নব পুন্নমক্ত মুঙাইব অমসুং শান্তি য়েনবিদুন কেবল্য নত্রগ লোম্ব-নাইদব শান্তি অদু ফংজব ওইরসনু।

## নুংগী খোঞ্জেল অদু তাও।

মীৱা চৎপ, মীগী থৌইনশিল য়াব মীশক অম ওইগনু। নঙগী জ্ঞানগ তাম্নদুন অমসুং নুংগী অপীকপ, অথুম্ব আত্মাগী খোঞ্জেলদু তাদুন থৌনা ফন অমদি পুক্নিং মকা লাম্ন অচুম্বগী লম্বীদ চৎলু।

সত্ত্বগুণগী মীওইশিংগ তিন্নৌ। মিকুপ খুদিংমক কান্নব থবক্ত শীজিন্নৌ। অনাব মীশিংবু সেবা তৌ। নঙগী অরৈব অদু লায়রবশিংগ য়েন্নৌ। নঙগী থম্মোয়গী কাচিন্দ লোৎলিব দৈবত্ব অদু হাংদোরকউ।

নপুক্লিংদ নঙগী গুরু মন্ত্র নত্রগ ইষ্ট-মন্ত্র অদু শোল্লু। [ওঁ] অডম শোনবগ লোয়নন অশেংব, মপান নাইদ্রব, শ্লোম্ব নাইদ্রব, অমর ওইব, শীস্থূংন লৈব, মপুংফারব, সৎ-চিৎ-আনন্দ, মচেৎ ওইদব, মপুম ওইব থম্মোয়-অতিক্ষা-নচিংব রাখলশিং অসিস্থ লোয়নৌ। পূক্লিংনস্থ পুজা তৌ।

## নঙ অসি আত্মানি হায়ব খঙঙু।

ইখঙ খঙহৌদব রাখলন হুমদুন পুব মীতা অম ওইগনু। ক্ষন য়াম্ন পুকচেল চাউবগী থবক ওইদুনস্থ অনীংবন হুমদুন পুব মীতাদি ওইগনু। মতম পুন্নমক্ত নমিৎ-নন্না শিংঙু অমস্থং থবক কম্ম নোম্মু।

মরম চাদন রাগনু। অতোপ্পগী রানবগী মরম ওইরুগনু। নপুক্লিং লাঙতক্লগনু। তনগনু। মতম মাঙহনগনু। মথা-তান চাওখংপ ক্ষংবদ থীল্লবস্থ থোইন রারুগনু। ঈংন ঙাইয়ু। নহাক নমায় পাক্কনি।

নহাক আত্মানি হায়বসি লেগুন খন্দুন থৌনা য়োক-খংলু। হকচাংনি হায়ব ভাব অসি লৌরুনু অমস্থং য়ারুনু। সাধন তৌ, মতম পুন্নমক্ত নিধিয়াসন সাধন তৌ, খুদোং-থীব, অশোকপ পুন্নমক মতোমতা লোইজখিগনি। নঙন অশেংব কৃপাদগী মুঙাইবদু ফংজগনি।

## আত্মা হায়বসিদ হিংঙ্।

মূর্তিশিংগী মঙ অচুদগী মিকপ থোক্লো। মায়াগী মশক ওইরব মিং অমসুং মূর্তিশিং অসিন লৌনম তোইনগনু। মপুম ওইব অশেংব অদুদ চেংন পায়শিল্লু। নঙগী আত্মা অদুতবু মুংশিয়ু।. অহিংবদি আত্মা অসিদনি। আত্মা হায়বসিদ হিংঙু। ব্রহ্ম অদু ওইয়ু। অশেংব পুন্সি হায়বদুসি মসিনি।

নোল্লুক, ভক্তি তৌন অমদি থাজন আত্মাগী ডাক্তর ওইরব সাধুশিংদ চংজো। জ্ঞান কৌব হিদাকী গুলি খর চাও। মসুতদ অপঙবগী লায়না অদু মপুং ফান কোকখি-গনি। নঙন মতম কুইনগী শান্তি ফংগনি।

মায়ান নমথাক তোইনগনু। ঈথক হোৎরব সমুদ্রগুম্ন চীং-লেন্মু। অতিয়াগুম্ন পাকচাউরব থম্মোয় অম চেল্লু। মুক্তাগুম্ন অশেংব ওইয়ু। আত্মজ্ঞানগীদমক্ত লেপ্পা লৈন্দন ভাম্নো। লৈপাক্লুম্ন থাঙব কল্লু। নঙবু মাখপাকপন খুল্লুম চল্লগনি। নঙন নমায় পাকচরগদবনি। শোয়দন পোত্থা জয়গাদৌবনি।

## আত্মাদ নুঙাইয়ু।

লেপ্তুনা থবক নোম্ব পুন্সি অম ওইবু। মতম পুম্নমক পুক্রিং মকা লাম্ন লৈয়ু। নঙগী ইষ্ট মন্ত্র অদু নপুক্রিংদ শোল্লু। পুম্নমক তিম্নো। পুম্নমকপু আত্মা ভাবতা সেবা তৌ। মখোয়দ লৈব ঈশ্বর অদু য়েংঙু।

অধ্যাত্মিকী লম্বীদ মায়থীব অমস্তুং খুদোংথীববু কিরু-গন্নু। খুদোংখীবশিং অচুন নঙগী নীংবগী শক্তি হেনগৎ-হনগনি। মায়থীব হায়বসি মায়পাকপগী খোঙথাকম সিড়ীনি। নঙগী জ্ঞান, অথৌব ৱাখল, অচুম-অৱানগী শক্তি অমস্তুং সাধারণ জ্ঞান অদু শীজিন্নো। নঙন খুদোংথীবশিংবু অমমম ওইন লাকশিল্লকনি।

কম লেঙদম লেপ্‌পু। মোমোন নোকউ। অকিব ১স্তুং লাঙতক্লব কোকহল্লু। অধ্যাত্মিকী লম্বীদ অকিব লৈতন চঙশিল্লু। পুক্নিং হন্থগন্নু। মনুংদগী থৌনা, পাঙ্গল অমস্তুং শক্তি পুথোবকউ। চেকশিল্লু। নঙদি কনা অমত্তন লাক-শিনব ঙমদবনি। কনা অমত্তন নঙবু মাঙহনব ঙম্লোই। মত্তম পুম্নমক্ক চীং-লেম্ন লৈয়ু। আত্মাদ মোমোন নোকউ অমস্তুং মুঙাইয়ু।

## অঙাংগুম্ন লৌথুপ-লোকোই লৈগন্তু।

নঙগী ওঝান তাকপচু কাউদনবগীদমক থঙলীংব, লৌমীংব ফিবমদ লৈয়ু। অঙাং অমগুম্ন, মপুংফান মীনমদব, লৌ-থুপ-লোকোই লৈতব, অমস্তুং মীচঙ-মীথায় নাইদব ওইয়ু। নঙগী গুরু অমস্তুং শ্রুতিপী বাহৈশিং অদুদ হোংব লৈতন থাজো।

মতম পুম্নমক্ত সেবাগীদমক্ত শেম-শাদুন লৈয়ু। অশেংব মুংশিব, থৌজাল হৈব অমসুং ব্যবহারগ লোয়নন সেবা তৌ। সেবা তৌবদ কদৌঙৈদসু, শুকথব-খোয়শাওনব নমায় উৎকন্নু। থবক্তী লমদ খমথেংন পুক্নিং থিংজিন্নব পুন্সি অম ওইহল্লু।

মীনুংশি খঙব, মুংশিচাউব, পুকচেল চাউব, খাঙব কনব অমসুং নোল্লুকপ গুণশিংবু য়োকখৎলু। অপাকপ লত্রগ চাং মান্নব মীৎয়েং লৈয়ু। পুম্নমক্তী মীৎয়েং পুম্নমকপু মফম অম পীয়ু। নঙগী শন্দোক্লব পুক্সি অমসুং পাক-চাউরব থম্মোয় অম ফংগনি। নঙন রাংলব বুদ্ধি খুবম অদু ফংগনি।

## অচম্ব অমসুং নোল্লুকপ ওইয়ু।

মুঙাইরব লমচৎ অম য়োকখৎলু। য়ানরব লমচৎ, নোল্লুকপ অমসুং কোনশিন্দব ফিবম অমদ লৈয়ু। প্রকৃতিগী অরোনব তত্ত্ব অদু খঙঙু। নঙগী নীংবগী শক্তি অদু য়োক-খৎলু। অহোব শক্তি পুম্নমক মেনশিল্লু। সংসার অসিদ হৈশিংন চৎলু। নঙন শান্তি য়াম্ন ফংগনি।

নঙগী মমল য়াম্লব পুংশিং অদু অতনবগী রারেমদ হৌ-হনগন্নু। রারীশাবদ শমজিল্লু। অচম্ব অমসুং নোল্লুকপ ওইয়ু! পুম্নমক ঈশ্বরদ কৎপ ওইন তৌ। কোংন নঙগী

নরাল অদু য়াজো অদুগ মতুংদ নশাগী ৰিবমদু কন্ন হোৎ-নদুন শেমজিল্লু। খ্বাইদগী চাউরব ঈশ্বর অদুদ কন্ন প্রার্থণা তৌ। নঙন মহাকপু থুনমক খঙজরকনি।

## লোম্ব নাইদ্রব মুঙাইবদুগী মহাও তংঙু।

নঙগী থম্মোয়দ তত্তন প্রেমগী ঈথক হৌহল্লু। দৈব্য প্রেমগী মুঙাইবদু ফংজহৌ। দৈব্য প্রেমগী মুংশা মঙান্দ ঈরুজৌ। অমর জীবনগী মুঙাইবদু ফংজৌ।

নঙন খুদোংথীব, মুঙাইতব, লায়না অমস্তুং অৱাব মায়োক্লরগ ৱাকৎকনু। থৌনা লৈয়ু। মথোয়বু খাঙব কম্বগ লোয়নন খাঙঙু। নঙগী নপুক্লিং অদু ঈশ্বরদ ওনশিল্লু। নপুক্লিং ঈংব তম্মু। নঙগী নপুক্লিং অদু তম্বীয়ু। নঙন অঙকপ ফংলব মুংগী অধ্যাত্মিকী পাঙ্গল ফংগনি। নঙন তত্তন অধ্যাত্মিকী চাওখৎপদু ফংগনি।

নঙগী খুদোংথীবশিং অদু অমমম ওইন লাকশিল্লু। মুতিগী ধ্যান তৌ। পুন্সিগী ফিদম অদু খঙঙু। পাকচাউ-ৱব থৱায় অম ওইয়ু। নঙন অথোইব কৃপাগী মুঙাইবদু ফংজগনি।

## মপান নাইদ্রব মুঙাইবদু খঙঙু।

নঙদি অৱাংব মরম খরগীদমক্ত পোক্লকপনি। মঙ্গলগী মশক ওইরব, লংলব ভবিষদ অমন নঙবু ঙাইরি।

হৌগ্রবশিং অদুগীদমক খল্লুরগনু। শেংহল্লু। পুক্নিং চঙ্ষু। খল্লু। ধ্যান তৌ। মাঙদ চঙশিল্লু। থরায় অথোইব অদুদ নঙগী পোত্থাকম থিজো।

খুদোংথীব, তৌদ-য়াদব অমদি অন্নাবশিংন নঙবু কেন্না চেল্লহনগনু। মখোয়ন নঙগী থস্মোয়দ থৌজাল পীবিরকনি। নঙগী নীংব অমদি খাঙব কনবগী শক্তি য়োকখৎপদ মখোয়ন মতেং ওইগনি। মখোয়দুন নঙবু অশিংব ওইহনগনি অমসুং নঙগী চাওখৎপদ মতেং ওইগনি।

থোনা নৈয়্যু। কদোইঙেদসু মীংব কায়গনু। নুংসী পাঙ্গল ফুদোরকউ। মাঙদ চঙশিল্লু। মফম পুম্নমক্ত শন্দোক-তুন লৈব দৈব্যত্ত্ব অদু খঙঙু। অকোয়বদ লৈরিব দৈব্য-গুণ অদু খঙঙু। অধ্যাত্মিকী হৌরকফম অদুদ লুন লুপথো। নঙন মপাম নাইদ্রব সুঙাইব অদু খঙলকনি।

## ঈশ্বরদ থাজব হিংঙু।

থৌজাল হৈব অমসুং অথুম্ব রা ঙাঙঙু। মহাত্মাশিংগা তিন্নো। চন্ন চাও। নশা ফননবগীদমক চেকশিল্লু। মরুপ মপাং ওইব অমসুং সংসার পুম্নমক মচিন মনাও ওইবগী রাখলবু য়োকখৎলু।

নঙগী মমল য়াম্লব পুংশিং অসি মাঙহনগনু। নঙগী কত্তব লমচৎশিং অদু থিদুন চুমথোবউ। মরম অসিদ

নশাতন খ্বাইদগী ফরব জজনি। কান্নদব সঙ্গদ মাঙহনব মতম অদু চাং ঽন্থহল্লু। নমিৎ-ননা শিংঙু। ৱা খজিক্কং ঙাংঙু।

সংসার অপূম্ব অসি নঙ নশামক্লি খল্লু। জীব পুম্নমক অসি নঙ নশামক্লি খল্লু। বিশ্ব-প্রেমবু য়োকখৎলু। ঈশ্বরদ থাজন হিংঙু। পুম্নমক্ত থৌজালবিয়ু। ইবুঙো মঙোন্দ চঙজো। ইবুঙো মঙোন্দ ধ্যান তৌ। নঙন খঙজগনি। নঙোন্দ দৈব্য-জ্ঞানন ঙানবিরক্কনি।

## ইবুঙো মহাক্ক পুরিং চানহল্লু।

স্মুতিগী পুকচেল শেংন, কন্ন প্রার্থনা তৌদুন নঙগী থম্মোয় অদু ইবুঙো মহাক চানহল্লু। নঙগী থম্মোয় অদু মঙোন্দ হাংদোকউ। অরোৎপ অমত্ত থমগনু। অঙাং অমগুম্ন মঙোন্দ হায়জো অচম্ব অমম্থং নোল্লুকপ ওইয়ু। নহাক্কী নপাপ কোকপিনব মঙোন্দ থম্মোয় শেংন হায়জো। মাগী কৃপা পীবিরক্কব মঙোন্দ হায়জো। মীওইবগী মতেংগী মখা পোনগনু। ঈশ্বরদ, সূপ্নগী ঈশ্বরতবু থাজো। নঙন খুদিংমক ফংগনি। নঙন মাগী দর্শন নত্রগ উজবদু ফংগনি।

জপ, কীর্ত্তন, ধ্যান অমদি গীতা অমস্থং ভাগবত পাঠ তৌবদ চাং নাইয়ু। অধ্যাত্মিকী সাধনাদ চাং নাইব হায়বসি হেনক্কত্রব মরুওইব অমনি। মসি কদৌঙৈদস্থ কাউগনু।

## পূন্নমক চঙজো।

খ্বাইদগী চাউরব ইবুঙো মঙোন্দ লোইনমক মপুংফান চংজো। নঙগী নপুক্লিং অছু মঙোন্দ থম্মু। মায়কৈ পুন্ন-মক্ত মাবু য়েংঙু। মহাক্কী নাম শোল্লু। মহাক্কীদমক্ত কর্ম্ম তৌ। মহাকপু নত্তন অতোপ্প অম খল্লুরগনু।

মহাক্তি নঙগী লমজিংনি। মহাক্তি নঙগী থাউমৈনি। অৱাব নত্রগ মুঙাইব মতম পূন্নমক্ত মহাকপু নীংশিংঙু। মহাক্ত নঙবু থৌগৎপিগনি। মহাক্ত প্রহ্লাদবু কনবিবগুম নঙগী অৱাব খুদোংথীবদ মহাক লাকনি অমস্থং নঙবু কন-বিরগনি। মহাক্ত নঙোন্দ মঙাল, প্রেম অমস্থং জ্ঞান পীবিগনি।

## আইন পীরিবত্নগ অমত্ত ওইয়ু।

মহাক্কী অপাম্ব পোৎশিং ফংগদব মফম অদুদ মীওই-ববু চিংশিনবিরিবনি। মশাগী চাওখৎপ অমস্থং অহোংব পুজরক্লবগীদমক ঈশ্বরন মীওইববু মাগী অপাম্ব ফিবমগ চান্নগদব ফিবমশিংগী মরক্ত থম্বী। মসি প্রকৃতি অসিগী চাউপ্রব নিয়ম অমনি।

নঙন নঙগী কর্ম্ম অমস্থং পুন্সিবু লমজিংলিব অসি অমুক্তং খঙজরবদি নিয়ম অসি নঙগী ফত্তনব অম নত্তে হেন্নত্নম পামফম থোকপ অমস্থং মতেং ওইব অমনি খনগনি।

আইনন পীরিব ফিবমশিং অদুদ হেক ঙম্ব মথৈ ইল্লব ১সুং চাশিন্নরবদি করিগুম্ব হিরম খুদিংদ নঙন নমায় পাকপগী শূপশোয় শোয়দবিদু লৈ।

আইন অসিবু য়াম্ন চেকশিন্ন খঙঙু। য়াম্ন চেকশিন্ন নঙগী নথৌ তৌ। নঙন য়াম্ন থুন দৈব্য জ্ঞান ফংগনি ১সুং আইন পীরিবদুগ অমত্ত ওইব ফংজগনি।

---

## ৪ শুব পান্দুপ

### মুঙাইব, কৃপা অমসুং অমরগী লম্বীরোমদ

## শিবানন্দ গীতা

১বা জানুৱারি, ১৯৪৬

পিঃ এমঃ ভেঙ্গু আয়ার ১সুং পার্ৱতী অমল্ন ঐবু শোক ১৮৮৭ কী সেপ্টেম্বরগী তাং ৮দ পাট্টামাদায়, টিনেভেল্লিগী এসঃ আইঃ জিলাদ আপ্পয়া দিক্ষীত কী থাম্নাদ পোকই। ঐগী নক্ষত্রদি ভরণী-নি। অঙাং ওইরিঙৈদ ঐদি খমথেংন ওক্তে। ত্রিচিনিপোলিগী এসঃ পিঃ জিঃ কোলেজদ ঐ লাইব্রিক তম্লকই। মালয়া লৈবাক্ত ঐ চহি ১০ ডাক্তর ওইরমই। ঐ শোক ১৯২৪ দ ঋষিকেশদ সন্ন্যাস লৌই।

ঐন চহি ১৫ চুপ্প ধ্যান অমসুং তপ তৌই। ঐন চহি ১০ শিক্ষা-ভ্রমণ তৌরমই। ঐন শোক ১৯৩৬ তা ডিভাইন লাইফ সোসাইটি অদুগ শোক ১৯৪৫ দনা ওল ৱার্লড রিলিজন্স ফেদেরেসন লিংখৎখি।

ঐগী স্বভাব্তি অঙাংগুম্মী। অদুন ঐন পুম্নমক তিম্মৈ। ঐদি পুম্নমক অমত্ত ওই। ঐদি মতম পুম্নমক্ত নুংঙাই ১স্নুং হৱাওই অদুগ অতোপ্পশিংবুস্নু হৱা ও-নুঙাইহল্লি। ঐহাক অসি তমনীংঙাই ওইৱব নোঙ্গীংবন থল্লি। ঐন নোঙ্গীংব মওংদ নুঙাইহল্লি। ঐন পুম্নমকপু ব্যবহার তৌজৈ। পুম-নমকপু ঐন হান্ন সলাম তৌজৈ। ঐহাক্ল মতম পুম্নমক্ত থুম্ন ঙাঙজৈ। ঐহাক্তি থুন য়াঙন চংলি। ঐন চংলিঙৈ অমদি থবক তৌরিঙৈদস্নু ধ্যান অমসুং জপ তৌই।

ঐদি মতম পুম্নমক্ত থবক কম্ন শূই। ঐন থবক অম লোইদ্রিঙৈদ কদৌঙৈদস্ন তোক্তে। ঐহাক্ল থবক অমত্তস্নু মত্তুংগীদমক খাক্তুন থমদে। খূদক অদুদ, মফম অদুমক্তদ ঐন মদু হেক্ত লোইথোকই। থবক তৌবদস্নু ঐ অসি খর থুগল্লি। ঐঙোন্দ লৈরিব থবক্কী আদর্শ অসিবু ঐন নমথব ঙমজদে। থবক য়াওদন ঐ হিংব ঙমদে। থবক তৌরগত ঐঙোন্দ নুঙাইব পোকচৈ। থবক্ল ঐগী পুক্লিংবু হোদোক-পীবনি। থবক্ল ঐবু শেংদোকপীবনি। অতোপ্পশিংদ লৈরিব

ঐগী থবক তৌফমশিং অদু ঐ নীংথিন থঙই। থৌজাল বিব, সেবা, ব্যবহার অমদি মুংশিবিব হায়বসিদগী ঐন থবক ফ.ই।

ঐহাক্তি আসন অমসুং হকচাং সাজেল তৌবদ য়াম্ন চাং নাইজে। প্রাণায়াম .তৌবদসু ঐদি চাং নাইন তৌই। মখোয়শিং অসিন ঐবু অঙকপ ফংন হকচাং ফহল্লি ১মুং শক্তি পী। ঐন ভজন শঙগী অকোয়বদ স্তুতিগী চেল্লি। থোইদোক হেন্দোকপ ফিদা অমদ ফম্নগ নীংথিজব ভাষণ পীবসি ঐদি ঙমদে। থোইদোক হেন্দোকপ ফিদা অসিন ঐঙোন্দ অনাব অম ওইহল্লি। ঐন লেপখৎলগ নত্রগ ফিদা অদু ইস্থোক্লগ রা ঙাঙব হৌই। অধ্যাত্মিকী মীতিন খুদিংদ ঐন সভাপতি ওইবদ কদোঙৈদসু থোইদে কপ ফিদা অমত্ত ঐন ফমদে। পীথোকপদ ঐন মুঙাইজে। মতম পুম্নমক্ত ঐদি পীদুনত লৈজে।

ঐহাক হৌজিক চহি ৭৩ শুরে। মতম পুম্নমক্ত ঐদি ঐহাক অসি নহা ওইরি হায়ন ফাওই। ঐঙোন্দ পাঙ্গল. থৌনা অমসুং জীবনি শক্তি লৈ। মতম পুম্নমক্ত ঐদি পুক্লিং মকা লামই। ঐন হরাওদুন ঈশৈ শকই, জগোই শাই, চেল্লি অমসুং চোংই। ঐ অসি নোয়পেল্লি অমসুং কল্লি। ঐন চিঙ্গাক খুদিংমক তুমহনব ঙমই। ঐদি লেপ্প

লৈতন থবক তৌই, লাইরিক পাই অমসুং লাইরিক ই। ঐন কদোৌঙৈদসু হিল ষ্টেসন অমসুং সমুদ্র মপান্দ ছুটি লৌদুন লৈতৈ। থবক মথল হোংবন ঐঙোন্দ পোত্থাব ওই। ধ্যান তৌবন মরাং কায়ন পোত্থাহল্লি। থবক্ক ঐবু মুঙাইহল্লি। সেবান ঐবু হরাওহল্লি। লাইরিক ইবন মুঙাইহল্লি। ধ্যান তৌবন ঐঙোন্দ শক্তি হাপকৎলি ১সুং পাঙ্গল কল্লহল্লি। কীর্ত্তন হায়বসিন ঐবু তশেংহল্লি।

"অহম ব্রহ্মাস্মি", "শিবম," "সোহাম সৎ-চিৎ-আনন্দ স্বরূপম" মসি ঐগী হৈনজরব বেদাণ্ডগী ধ্যানগী নিয়ম-শিংনি। "চিদানন্দ"গী ঐগী শরুনব পামজরব ঈশৈনি।

"হরে রাম হরে রাম, রাম রাম হরে হরে।

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে॥"

মসিগী মন্ত্র কীর্ত্তন অসি ঐগী পামজরব কীর্ত্তননি।

হৌজিক্কী মিকুপ অসিদ ঐহাক পৃথিবীদ খ্বাইদগী ইনাকখুনবদুনি। ঐগী থম্মোয় অসি পীক থল্লে। অদুগীসু মথক্ক, হৌজিক্কি, ইবুঙো মাগী মরল পুন্নমক ঐগী ওই-জরে। মরম অসিদগী ঐ অসি নিংথৌশিংগী নিংথৌ, নিংথৌরেলশিংগী নিংথৌরেল, সাহশিংগী সাহ, মহারাজ-শিংগী মহারাজ ওইরে। সংসাররিক নিংথৌশিং অসিগী-দমক ঐন মুংশিবিরি। ঐগী লৈবাক্কি মপান নাইদে।

ঐগী লনদি লোইব নাইদে। ঐগী মুঙাইবদি হায়দোকপ ঙমদে। ঐগী লনগৈদি ওন্দুন লোইব নত্তে। সন্যাসি ওই-বদগী, থাদোকপদগী, চোকথব লৈতব স্বার্থ ত্যাগকী থবক কয়া তৌরকপদগী, জপ তৌবদগী, কীর্ত্তন তৌবদগী অমসুং ধ্যান তৌবদগী ঐন ফিবম অসি ফংলবনি।

ঐ অসি রাংই। ঐগী অরাংবন ফুট ৬নি। ঐ অসি কন-থোগদোব শাওং-শাদানি। ঐগী হকচাং অসি চুং-ফিরাল চাব অমনি। ঐ ফার্ষ্ট ক্লাসকী জিমনাষ্টিক অমনি। একাদশী মুমিত্ত ঐ চরা হেল্লি। মুমিৎ অসিদদি ঐ ঈশিং মরিক অমফাওব থক্কে। নোংমাইজিং মুমিত্ত ঐদি সঙ্গোম অমসুং হৈ-রাদমক চায়। 'ঐদি ইচম চম্ব প্রাকৃতিক জীবন অমদ লেল্লি। ঐঙোন্দ নহাওইবগী ইফুৎ অম লৈ। ঐঙোন্দ মুঙাইবগী মঙাল ফাওই।ঐন চরা হেনব, পোত্থব, হুরাচাব, ঈরুজব, স্বর সাধন, হকচাং শাজেল, মুংশা-য়াইবনচিংব অসি তৌই, অদুগ নীংতম্ব, ফজব, মৌমিদ লৈব, লমচৎ ফজব ১সুং হকচাং ফবগীদমক মুঙাইব ফংই।

ঐন প্রকৃতি, ঈশৈ, কলাবিদ্যা, কবিতা, দর্শন, যজঞ্চ অফব, অচীকপ, ধ্যান ভৌব, যোগ অমসুং বেদান্তবু মুংশিজৈ। ঐদি অচম্ব অমসুং নোল্লকপ অমনি। ঐ অসি ইচম চম্ব অমসুং চুমদ্রিং চৎপ অমনি। ঐদি মপুংফান থাঙব কল্লব

অমসুং মিংয়েং পাক্লব অমনি। ঐ অসি মীনুংশি খংব অমসুং ঙাকপীহৈব অমনি। ঐদি নী তম্ন অমদি অথিংব লৈতন পুকচেল চাওথোক্লবনি। ঐ অসি পুক্লিং মকালাম্ব অমসুং অকিব ৈলত্রব অমনি। ঐদি খাঙব কল্লি। ঐন ঈকায়ব অমসুং অনাব খাঙব ঙমই। ঐহাক ঙাকপীহৈব অমনি। ইশান মচুম্লে হায়ব স্বভাব অদুগী ৱাংমদ ঐ লৈ। ফত্তব তৌবগীদমক্ত ঐন অফবন লমন শিংই। ঐঙোন্দ ফত্তব তৌরক্লিব মীশক অদুবু ঐন হরাওন সেবা তৌজৈ।

ঐন গঙ্গা অমসুং হিমালয়বু নুংশিজৈ। গঙ্গা অসি ঐগী অধ্যাত্মিকী ইমানি। হিমালয়ন ঐগী অধ্যাত্মিকী ইপানি। মখোয়ন ঐবু ঈনশীল্লি অমসুং লমজিংই। ঐন গঙ্গাদ ঈরুজৈ। ঐন গঙ্গাবু খুরুমজৈ। গঙ্গাগী ঙাশিংবু ঐন মচিঙাক হুল্লি। ঐন গঙ্গা মাতাবু আরতি কংলি। গঙ্গাবু ঐন প্রার্থণা তৌজৈ। গঙ্গাবু ঐন সলাম তৌজৈ। ঐন গঙ্গাগী মগুণ শকই। গঙ্গাগী অচৌব মতিক মগুণ অদুগী মরমদ ঐন লাইরিক ইরে। গঙ্গান ঐবু য়োকপি। গঙ্গান ঐবু মুঙাইহল্লি। উপণিষদকী অচুম্বশিং অদু গঙ্গান ঐঙোন্দ তম্বী। গঙ্গা মতাগী জয় ওইরসনু।

ঐগী নোংমগী রুটিল অসি ভগবান বুদ্ধগ মাম্নে। ঐদি মতম পুম্নমক্ত কা-মনুংদত লৈ। ঐন ধর্ম্ম শাস্ত্রশিং নৈনৈ।

ঐন লাইরিক ই। থবক্কী, সেবাগী অমস্তুং মীগ উন্নবগী-
দমক মতম থরদং ঐন কাদগী মপান থোকই। ঐদি রা
খজিক্কং ডাঙই। ঐ রাখল য়াম্ন থল্লি। ঐন ধ্যান য়াম্ন
তৌই। ঐন থবক য়াম্ন তৌব অমদি সেবা য়াম্ন তৌনব
হোৎনজৈ। ঐন মিনিট অম ফাওব মাঙহলজদে। মতম
পুম্নমক্ত ঐ অসি ইশান থবক চিলহজৈ। মীংথিন চাং-
নাইরব পুন্সি অম ওইন ঐন লেনজৈ। মতম অপুম্বদ ঐন
আত্মাবু খুরুমজৈ। ঐন অংোগ্নশিংগী কাম্নবগীদমক্ত
থবক তৌজৈ।

গীতা, উপনিষদ, ভাগবত, যোগবশিষ্ঠ, অবধূতগীতা,
বিবেকচূড়ামণিনচিংব অসি ঐগী শাগোন্নরব মরূপশিংনি।
ঐদি সেবা, ভক্তি, যোগ অমস্তুং জ্ঞানগী অওকপ য়ানশিন্ন-
রব অমনি। ঐ অসি শ্রীশঙ্করগী মতুং ইনব অমনি। ঐদি
কেবল বেদান্ত অদ্বৈতনি। ঐ অসি ইচম-চম্ব চিনবান-
থোংগী বেদান্ত চৎপ অম নত্তে। ঐদি থবক্ত বেদান্ত চৎলব
অমনি। ঐদি মচং মথৈ খনগংলব যোগবু পামজৈ অমস্তুং
মদু সাধন তৌজৈ। অহিংসা, সত্য অমস্তুং ব্রহ্মচার্য্যবু ঐন
সাধনা তৌজৈ। শ্রীশঙ্করগী মঙ্গল ওইরসনু।

ধর্ম্ম খুদিংমক্কী সাধু সন্যাসীশিংবু ঐন ব্যবহার তৌজৈ।
ঐন ধর্ম্ম, চৎনবী, থাজব অমস্তুং সংস্কৃতি মখল খুদিংমকপু

ব্যবহার তৌজে। ঐন পুন্নমকপু সেবা তৌজে, অমস্রুং পুন্নমকপু মুংশিজে, পুন্নমক তিন্নজে অমস্রুং পুন্নমক্ত ইবুঙো মাবু উজে। ঐদি ঐগী রাশক ঙাকচৈ ঐন লাই-রবশিংবু সেবা তৌজে। মসিন ঐবু মুঙাইহল্লি। ঐন লোল্লা, ছুই, উপাস্থী, চেক, নুং অমস্রুং জীব পুন্নমকপু পুক্নিংদ থুরুমজে। ঐন অহলশিং অমস্রুং সাধুশিংবু ব্যবহার তৌজে। ঐদি হায়ব ইল্লি। পুকচেল শেংন সেবা তৌজ-দুন ঐন পুন্নমকপু হয়াওহল্লি। ঐদি অতিথিশিংবু য়াম্ন চেকশিন্ন ওকচৈ। মথোয়বু সেবা তৌনবগীদমক ঐন কোয়চেন চেনজে। ঐন অনাব অমস্রুং সাধুশিংগী মথোঙ হাঁমজে।

চিঠি খুদিংমকপু ঐন য়াম্ন হয়াওন পাউথুম পীজে। ঐদি মতম অমত্তদ থবক কয়ামরুম তৌই। ঐগী নৈজব খুদিংমক চাদিং তৌই। লায়রবশিং অমদি ঐগী ছাত্রশিংবু পীজবদ ঐঙোন্দ মপান নাইদন মুঙাইজে। ঐন মথোয়গী মমা অম ওইনব হোৎনজে। ঐ ইশান সাধন তৌরিব হিরম অদুগী মরীদ ঐন অতোপ্পশিংদস্থু ঙাঙই। ঐন মতম পুন্নমক্ত মস্রুং হজিলন য়েংই, থুগাইদুন অমদি পরীক্ষা তৌদুন য়ে-ই ঐন অধ্যাত্মিক্কী রুটিল, নোমংগী রুটিল ১দি ঐগী অরেপ্প হায়ব ত্রিশূল অসি পায়।

ঐন ঐগী গুরুশিংবু য়াম্ন পুকচেল শেংন, য়াম্ন থাজন অমদি ভক্তি তৌন সেবা তৌজে। ঐন পুন্সিগী মরীদ য়াম্ন কান্নরব পারা কয়া ভমজরক্লে। ঐন ধর্ম্ম মথল কয়াবু য়োকখৎচরক্লে। ঐগী পদযাত্রাগী পুন্সিদ চানব চিঞ্জাক য়াওদম চৎলক্লে। ঐন নিংথম থাদা ফি অমত্ত য়াওদন লম্বী মপান্দ অহিং তুম্লক্লে। তল অকংব খরগ ঈশিংদগ থক্তুন লেল্লকপে। ঐন ঐগী নিয়ম অমস্তুং ফিদমশিং অদুবু কম্ন পাম্নশীনজে। ঐদি কম্ন য়েৎচদে ঐদি তুমিন্নদ লৈজে।

সংসার অপুম্বগী হকচাং ফনব, অমদি অনাবশিংগী শান্তি ওইনব অমস্তুং সংসার থাদোকগ্রব আত্মাশিং অমদি লানব ঙমদ্রব আত্মাশিংগী শান্তিগীদমক ঐন প্রার্থণা ১স্তুং কীর্ত্তন তৌই। গঙ্গাদ ঈরুজব পামজবশিং অদুগী মমিংদ ঐন গঙ্গাদ অমুক হন্ন লুপই। ঐন ভজন শঙদ ধর্ম্ম পুম্ন-মক্কী সাধু সন্ন্যাসীশিংগী নাম শোল্লি। ঐন সাধু অমস্তুং মহাত্মা পুম্নমক্কী মুমিৎশিংবু পালন তৌজে।

মথাগীশিং অসিদ ঐন তত্তন ধ্যান তৌজে :—

প্রাজ্ঞানাম্ ব্রহ্ম অহম্ ব্রহ্মাস্মি, তৎ ত্বমসি অয়ম্ আত্মা ব্রহ্ম সত্যম্ জ্ঞানম্, আনন্তম্ ব্রহ্ম সন্তম্, শিবম্ অদ্বৈতম্, অহম্ আত্মা গুড়াকেশ ; অহম্ আত্মা নিরাকারঃ সর্ব্ব্যাপি স্বভাবতাঃ, ব্রহ্ম সত্যম্ জগৎমিথ্যা, জীব ব্রহ্মাত্য নাপরাঃ,

অকর্ত্তা অভোক্ত, অসঙ্গ, সাক্ষী, অজোনিত্যঃ সাস্বওয়ম্
পুরানো। জ্যোতিষ্যামপি তৎ জ্যোতিঃ।

তোপ্লব-তারবশিংবু শোগৎপীব, মিৎ তাঙবশিংবু লম-জিংবিব, ঐগী লৈজবদু ময়ামদ চাননব, অরাব তারবশিংবু উৎসাহ পীব অমসুং অরা-অনাশিংবু পূক্লিং থোগৎপিব হায়বসি ঐগী ফিদমনি। ঈশ্বরদ মপুংফান থাজব ঐগী য়ুমলোন্নবশিংবু ঐগুম্ন খনব, ঈশ্বরনসু ঐগী থম্মোয় পুন্নমক লূপ্ন মুংশিজব, যণশিং, শাশিং, মুপী অমসু অঙাংশিংবু কনবিব হায়বসিন ঐগী পান্দমনি। ঐগী থেংনব ব্রাহ্মৈদি মুংশিব হায়বসিনি। সহজা সমাধি নত্রগ মহৌশাগী ওইব অথোইব জ্ঞান অমদ লেপ্তুন লৈব হায়বসিন ঐগী লমখুং-ফমনি।

## ঐগী পূক্লিদ করম্ন ঈশ্বর থেংনগনি।

ব্রাহং অসি, মসি হায়রগ ইরায় লায়ন হেক্ত লেইশিন্ন য়াই: "হোই, য়াম্ন কন্ন অমসুং মতম শাংন ধ্যান অমদি সাধনা তৌরব মতুংদ, ঐন স্বর্গাশ্রমদ লৈরিঙৈদ ঐন সাধু মহাঋষি কয়াগী দর্শন ১সুং কৃপা ফংজরব মতুংদ ইবুঙো মহাক্ত ঐগী ইমাঙদ শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি ওইন উহনবিরকই।"

তৌইগুম্বসুং, অরেপ্প লৈতব, মপান নাইদব, পূক্লিং ১সুং ব্রাহ্মৈন য়োৌব ঙমদব ঈশ্বরগী মরী লৈনব ব্রাহংগীদমক্তদি মসিন পুন্নমক শূপ্লব, অচুম্ব পাউখুম নত্তে।

ব্রহ্মজ্ঞান হায়বসি থৌদোক নঙ্গ্রগ তাঙ্গাগী রাঙ্কম অম নত্তে। মসিদি খোঙথাং খুদিংগী তিষ্থংন থল্লব, নাল্লব খোঙথাক্কম ঙাক্ত ঙায়ব মতোন অদু য়েৌনব চৎপদ খুদোং থীরব লম্বীনি। ঐন অরাবন থন্নব লম্বী অদুবু খোঙথাং অমমম ওইন চৎলক্লে; অদুগ খোঙথাং খুদিংদ ঈশ্বরন ঐবু থাক মথং মথং চিংখৎপীবদুস্থ ঐন হাকথেংনন থঙজরে।

মতম মতমগী মুমিং থোকপদ তৌব পূজাশিংদ ঐগী ইপান য়াম্ন থরায় য়াওরমই। ঐগী অঙাং ওইরিব পুক্লিংদ মহাক্ক খূকনজরিব মূর্ত্তি অদু ঈশ্বরনি থন্দুন লৈ হেকপ ১দি অতৈ পূজাগী থবক কয়াদ মাগী মতেং পাংবদ ঐঙোন্দ মুংহাইজে। অস্তুম্ন পূজা তৌব অসিদগী মঙোন্দ অমস্তুং ঐঙোন্দ থম্মোয় ফাওন মুংহাইজব, পেঞ্জব অদুন ঐগী থম্মোয়দ মাগী ভক্তশিংন পূজা তৌনব অসিগুম্ব মূর্ত্তিশিং অসিদ ঈশ্বর লৈ হায়বসি ঐবু কন্ন থাজহল্লি। মতৌ অস্তুম্ন অহানব ওইন ঈশ্বর ফাওরকথি অমস্তুং ঐবু রাংলব কৈরাক্কী অহানব খোঙথাংফম অমদ থম্বীরমি।

মপূংফারব মীওই অম ওইন ঐহাক অসি জিমনাষ্টিক অমস্তু অকনব হকচাং শাজেল কয়াবু পামজরমই। ঐন অতোনব জান্ত পোকপ ওজা অমদগী শম্বল থাব তম্নমই। মহাক হরিজন অমনি। ছাত্র অমন শোক্লব য়াদব অমগ

লোয়নন ভিন্নদুন শান্নবসি ব্রাহ্মণ অমগী মথৌ নত্তে হায়-
বসি খণ্ডন্নিরৈংগী মতম খর অদু ঐ মঙোন্দ চৎলম্মই। ঐন
রাকম অসিদ য়াম্ন লুন খনখরম্মই। ঐগী ইপাগী পুজাগী
কাদ লৈরিব, ঐখোয়না খুরুমনরিব মূর্ত্তি অদু শোক্লব য়াদব
মুপা অসিগী থম্মোয়দ চোংশিনখ্রে হায়ব মিকুপ অম
ঐঙোন্দ কন্না ফাওখি। অচুম্বমক মহাক ঐগী গুরুনি।
অদুন ঐন লৈ, অথুম অহাও, ফি পুন্নদুন মঙোন্দ খুনমক
চৎলি অদুগ লৈ পরেং অদু শিজিনবিদুন, মখোঙদ লৈ
কণ্ডুনা ঐ ইশামক্ল মঙোন্দ খুন্নমজখি। মতৌ অসুম্ন ঐগী
পুন্সিদ ঈশ্বর লেঙঙক্তুনা জাতী খেন্নবগী পল অদু হাংদোক-
পীখি।

খোঙকম অসি কয়াগী মতিক মমল য়ামগ্রবনো হায়বদু
ঐ মতুংদ খঙজরকই: মরমদি ঐদি ডাক্তরগী শিনফম
অসিদ চঙদুন পুম্নমকপু সেবা তৌব ভাই, অদুগ জাতী
খেন্নবগী লমচৎ অসিন লেঙদন লৈরবদ থবক অদু য়াম্ন
নোক্লীংব মওং অম ওইরমগনি। অসিগুম্ব ঈশ্বরগী মঙালন
শেংদোকপীব অমম্ব অসিন শেংলবদ মী খুদিংবু সেবা তৌ-
জব অসি ঐঙোন্দ অরায়ব অমদি হৈনবী অম ওইজখি।
মীওইবগী অরা-অনাবু লায়য়েংবদ অমসুং চাং হম্বহনবগী
মরী লৈনব থবক্ত ঐঙোন্দ য়াম্ন হেন্ন নুঙাইজব অম ওই।

করিগুম্ব ম্যালেরিয়াগী মরমদ হিদাকী পাউতাক অম লৈর-বদি ঐন মতুবু মথংগী হেক মিকুপ অদুমক্তদ সংসার পুন্নমক্ত খঙহনজনীংই। অনাব ঙাকথোক্লবগী, হকচাং কগৎনবগী অমদি লায়েংনবগী জ্ঞান খুদিংমকপু ঐন খৌরাংজরমই অমসুং মতুবু ময়ামগ য়েন্নব পামজরমই।

মতু'দ, মালায়াদ লৈরিঙৈদ ঈশ্বরন অনাবগী মুত্তি লৌরতুন ঐগী ইকমদ লেঙবিরকখি। হৌজিক্তি, খুদম অমথক্তং ওইন খন্দোকপসি ঐঙোন্দ লুন থোক্লে, অদুগ মসি দরকারস্ত ওইদে। মতম অমসুং অহাঙব অতিয়া অসি পুক্লিংন শাজিনবনি অদুন ঈশ্বরগী মফমদদি মসি করিস্ত লৈতবনি। মালায়াদ লৈরিঙৈ মতম অদু ঈশ্বরন ঐগী ইকমদ অনাব অমসুং অরাবগী শকক্তম পুরতুন লেঙবিরকপ থৌদোক অমতংনি হায়ন হৌজিক্তদ হঙ্গৎন য়েংব ঙমজরে। মীশিং অসি হকচাংদস্ত নাই অদুগ পুক্লিংদস্ত নাই। কনা-গুম্ব খরদদি পুন্সি অসিমক শিবদ চঙব অশাংব মতম অমনি, অদুগ কনাগুম্ব খরন হিংব অসিদগী শিবন হেন্ন পামজবস্ত য়াওরি। খর অমন শিব হায়বসি মায়োক্লব ঙম-দবদগী অরা-অনা কয়া নংলব পুন্সি লেল্লি। খর অমন হিংব ঙমদতুন শিব পামজতুন আত্মা-ঘাট তৌরি।

করিগুম্বা ঈশ্বরন সংসার অসিবু ফজুব মীশিংগী হুন-দোকফম, অৱাব নংনব নরক্কী মফম অম ওইন শেম্বিরমদ্র-বদি অদুগ করিগুম্বা অৱাব, উপায় লৈত্রব ফিবম অসি নত্তব (ঐগী অস্তুৱদ লৈরমগনি খনব) তত্তোপ্প অম লৈব তারবদি মদু খঙংদবনি অমসুং হাকথেংনগদবনি হায়বগী থৌইনশিন অসি ঐঙোন্দ যাঙরকখি।

ঐগী পুন্সিগী লুৱব মতাং অসিদ ঈশ্বরন ভিক্ষানিব লম্বোইব অমগী শকফম লৌরদুন ঐঙোন্দ ফাওরকখি ১মসুং ঐবু বেদান্তগী অহানব পারা তম্বীখি। সংসার অসিদ হিং-লিব পুন্সিগী অশেংব শকফম, অশেংব লমথুংফম অমদি মীওইবগী পুন্সিগী পান্দমনচিংবসি খঙলকখি। মসিমক্ত ঐবু মালয়াদগী হিমালয়দ চিংখি। ঈশ্বরন, মহাকপু পূর্ণ-মক্কী অপুনব আত্মা ওইন খঙজনবগী অসুপ্প থৌইনশিন অদু ওইন ঐঙোন্দ লাকপিখি।

ধ্যান ১মসুং থবক কয়ামরুম কন্ন তৌখি ১মসুং মখোয়গ লোয়নন মখল মখা অয়াম্ব অধ্যাত্মিক্কী হাকথেংনব জ্ঞান কয়া ফংজখি। হকচাং, পুক্নিং অমসুং জ্ঞান হায়বসি ঙমথৈ নাইব ওইন মাঙখি অদুগ সংসার পূর্ণমক অসিন মহাক্কী মঙাল ওইন ঙাল্লি। মতুংদ ঈশ্বরন হায়রিব মঙাল অসি ওইন লেঙবিরকখি অমসুং মদুদ পূর্ণমক অসি ঈশ্বরগী

শকফম অদু লৌই, অদুগ জীব পূম্নমকপু ভাম্নরিব ম্নরা- অনা অসিবু মীওইবনী অভোনব ইন্দ্রিয়গী থৌরাংব হায়ব অপঙব অদুন শেমজব মায়া-মারিচীকা ওইন উরকই।

“সর্ব্বম্ খলবিদ্বাম ব্রহ্ম” হায়বসি খঙনব অতোপ্প মাইল খুটি অমস্ত লাম্হোৎকথিব তারি। শোক ১৯৫০ হৌগৎলক- পদ ( জানুয়ারি তাং ৮ দ ) ঈশ্বরন ঐগোন্দ তথাই অম ঙাওরব মওংদ লেংবিরকখি, অদুগ আশ্রমদ মুমিদাংগী সৎ-সঙ্গ থুগাইরে। মহাক্ত হোৎনব অদু ঙমখিদ্রে। ঐন মঙোন্দ কোক নোন্দুন খুরুমই, অদুগ মাবু ময়ুমদ চৎহলখি। অফবশিংগী গুণ চাওখৎনবগীদমক ফত্তব হায়বসি লৈরি- বনি। ফত্তব হায়বসি থোইদোকপ শকফম অমনি। মসিগী য়ুথল মরুমদ অমত্ত ঙায়রব আত্মা অদুন পূম্নমক্কী মফমদ ঙালি।

মতাং অসিদ নীংশিংনব য়াব থৌদোক অম পনব য়াই। থরায়গী চাওখৎপগী থোঙচৎ অসিদ হায়রন ফংখিদব করিগুম্ব অমত্তসু মথংগী করিগুম্ব থবক অমত্তদ মপুংফান ফোংদোকপ ঙমদে। অপুনব অম অদুন মথংদ অম অমুক ওইরকই। মথংদ অফবশিংগী অপুনব হায়ব যোগ অসিন মহয়-ফল ওইরকই। মূর্ত্তি পূজা, ওইজব থাদোক্নুন অনাবশিংগী সেবা তৌব, ধ্যান তৌব, জাতী

বিজাতি, ধর্ম অমসুং সংস্কৃতগী খেন্নবগী য়াংম লাম্ছোক্লব বিশ্ব-প্রেমনচিংব অসি মপান নাইত্রব অশেংব জ্ঞান অদু ফংনবগী অয়োবী পান্দম অদু ওইন পুথোক্লে। হায়রিব জ্ঞান অসি খুদক্ত শরুক য়াগদবনি। মখোয়শিং অসি এন ওইরিব অসিগী মরুওইব অপুনব শকফমনি।

পাওজেল অসিগীদমক পাঙ্গল পুনখৎলি অমসুং শন-দোকলি। এন ভারত অপুম্বগী খোঙচৎ অম চৎখিবদু শোক ১৯৫১ দনি। মথংদদি ঈশ্বরন মহাক্কী বিরাত্ত-রূপ লৌর-দুন, ভক্তগী মপৈ, মপৈ ওইন দৈব্য-জীবনগী খোঁরাংন তানীংলব শকফম লৌরদুন লাকপীখি। কেন্দ্র খুদিংদ এন মরম ওইদুন ঈশ্বরন বা-ঙাঙলি হায়ন এঙোন্দ ফাওখি, অদুগ মহাক মশামক্ত মশাগী বিশ্ব-রূপ পুথোক্তুন, মূর্ত্তি কয়া থোক্ল এগী মাঙদ এগী ভাষণ অদু তাখি। মহাক্ল এগ লোয়নন ঈশৈ শকই। এগ লোয়নন প্রার্থণা তৌই, মহাক্ল ঙাঙডি অমসুং তায়। সর্ব্বম খলবিদ্যাম ব্রহ্ম।

[ ভাবন্ জরনেল্, মেগী তাং ৩, শোক ১৯৫৯ ]

## স্বামী শিবানন্দগী দর্শন অমসুং

## পাউতাকশিং।

### বাণ্ডাঙশিং।

১। ব্রহ্ম নত্রগ পুম্নমক্কী অসূপ্প হায়বসিতদি অশেং বনি। মথুদি সৎ-চিৎ-আনন্দ হায়রিবসিনি।

২। ব্রহ্ম নত্রগ পুম্নমক্কী অসূপ্প অদুন মশামকপু জীব নত্রগ থরাই পানবশিংগী থরায় ওইন, ঈশ্বর ওইন নত্রগ মপু অমসুং সংসার অসি ওইন শন্দোকউ।

৩। পৃথিবী অমসুং মায়া অসি শেংদবনি। সংসার অসিমক মায়াগী শন্দোকপ শক্লোন অম নত্তন অতৈ করিসু নত্তে। পূকিং অসিত্তন সংসার অসি ওইরিবনি। ব্রহ্মগী শক্তিন ওইব, পুরিংন শন্দোকপ মওং অম নত্তন সংসার অসি অতৈ করিসু নত্তে।

৪। আত্মাগী বিচার লৈতবশিং অদুন সংকল্পগী শকফম নত্তন অতৈ করিসু নত্তব সংসার অসিবু অশেংব ওইন উগনি। সংকল্প মথন্দন মশামকপু জীব, ঈশ্বর অমসুং সংসার অসি ওইন শন্দোকই। সংসার অসি মতম চুপ্পদ মসি ওইদুন সুম লৈব নত্তে। মতমগী মওং অহুমদ সংসার অসিন লৈতে।

৫। পোৎ খুদিংমক অমগ অমগ থেন্নন উরবসু ব্রহ্ম-জ্যোতি ঙাক্লনি। শক্ম হায়রবদ সংসার অসি শক্তি ওইন লোয়রবদ ব্রহ্ম অদুনি। অদুগ অহোংব নাইব ব্রহ্ম অদুন সংসার অসিনি।

৬। জীবশিং অসি ব্রহ্ম অদু নত্তন অতৈ করিসু নত্তে। হকচাং অমসুং মাগী ইন্দ্রিশিং অসি পুক্লিং নত্তন অতৈ করিসু নত্তে। পুক্লিং মশামক্ত সংসারগী অরাব-মুঙাইব, নিঙতম্ব অমদি মথা পোনব, অচুম্ব অমসুং অরানব ওইন শক্লোন লোবনি। পুক্লিং অসি কার্ত্তা ওইন লোয়রবদি সং-সার অসিনি। মতম, অতিয়া অমসুং ফল থোকহল্লিব মরমশিং অসি পুক্লিংন ওইব ঙাক্লনি।

৭। পুক্লিংগী থবক অসিদবু অশেংব কর্ম্ম কৌই। অশেংব নিঙতম্বদি পুক্লিংগী মথা পোন্দব অসিবুনি। পুক-লিংগী শান্নবন সংসার অসি ওইরিবনি।

৮। মপুক্লিংদ ঈথক হৌবদগী মনিঙতম্লব মথোয় অদু অথোইব ধ্যান তৌরবনি।

৯। পুক্লিংগী শেংদবশিং অসিবু লোথোকগ্রবদি মসি অশেংব, অতপ্প অমসুং কৃপান থল্লব অম ওইরগনি। অদুগ পোকপ-শিব, অরাব-মুঙাইবনচিংব সংসারগী মায়াশিং মাঙখিগনি।

১০। সংসার অসিগী অশেংব শককম হায়ব জ্ঞানগী মওং অসি আত্মা নত্তব নত্রগ সংসারিক ওইব পোংশিং অসিদ মুম্ম রাখল তৌরগ হেনগৎলকই।

১১। ঈশ্বরগী কৃপানস্থ অধ্যাত্মিকী অরাংব অদু ফংগনি।

১২। মায়া হায়বসিবু খুদুম চল্লগ আত্মাবু খঙব ঙম-গনি। মায়াবু লাকশিল্লবদি সংসারগী ওইব রাখল্ পুম্ম-মক মাঙখিগনি।

১৩। ব্রহ্মগী মুঙাইব য়ৌরব সমাধি অদুবু য়াওদ্রবদি পুক্লিং অসিদ মখল মথা অয়াম্ব অরা-অনা ফাওরকই।

১৪। নঙন থবক্কী মহৈবু পামদ্রবদি করিগুম্ব অমত্তন নঙবু তোঙাম তাহনম অমদি অপনব পীব ঙম্লোই। জ্ঞান চক্ষু অদুতন কনাগুম্বন আত্মাবু হাকথেংনন ফংজব ঙমগনি।

১৫। সুষুপ্তি মৌনদদি পুম্নমক অসি ব্রহ্ম ওাক্তনি। সঙ্গ নত্রগ অপাম্ব থাদোক্লগস্থ হায়রিব ফিবম অসি ফংব ঙমই। গুরুন মহাক্কী শিষ্যবু মখল মথা অয়াম্ব উপায় কয়ান অমদি জ্ঞানন মরম ওইদুন অরাংব লমথুংফমগী লম্বী অসি খুদোংথীব, অপনব কয়া। নৈরবস্থ মুঙাইন য়োমব শেম্বিগদবনি।

১৬। বেদান্ত নত্রন জ্ঞান যোগগী লম্বীদ অঙাং ওইরিবশিংন গুণ মরি অসি চেনগদবনি, মতুদি বিবেক

(অচুম্ব অমসুং অরানব খন্দোকপ), বৈরাগ (রাগ থাদোকপ) সদ-সম্পৎ (ধর্ম মথল তরক) অমসুং মুমুক্ষত, (লেপ্তুন মুক্তিবু খৌরাংজব)।

১৭। অশেংব বাসনা, শান্তি (ঈংথব) অমসুং সন-তোষ [অপেনব] বু য়োবখংলু। সৎ-সঙ্গ নত্রগ অশিংব-শিংগ তিন্নজো। নহাক্ক থিন্দন আত্ম-জ্ঞান ফংজগনি।

১৮। নাপল নত্রগ অপঙব হায়বসি থাদোক্লবদি আত্ম-জ্ঞান য়োব ঙম্মী।

১৯। নিষ্কাম কর্ম তৌবন ইন্দ্রিগী মুঙাইব ফাওব অধ্যাত্মিক নত্রগ ব্রহ্মগী মুঙাইব অদুদ ওন্থোকপ য়াই।

২০। অথোইব, লোম্ব নাইত্রব আত্মাগী মুঙাইব অদু আত্মা-বিচারগী সমাধিন ফংব ঙম্মি।

২১। সমাধিগী থোঙদ য়োকখৎপ পুক্নিংগী পোত্থাব অদু আত্মা-বিচার নত্রগ আত্মাগী মরমদ থিজিনব অসিদগীসু ফংব ঙমই।

২২। পুক্নিংবু য়াদব অমসুং শরবু লাকশিনবশিন পুক্নিংবু মথৌ তৌহনদনবগী সাধনা তৌনবগী লম্বী ওই।

২৩। ইন্দ্রিগ মরী লৈনব পোৎশিংদ পুক্নিং চঙব তোকখোকউ, অদু ওইরবদি পুক্নিংবু পুক্নিংন লেপহনব

ওমগনি। নির্বানগী মুঙাইব হায়বদু পুম্নমক ব্রহ্ম ওইরব জ্ঞান নত্রগ যোগ্নদন ফংগনি।

২৪। অপঙব হায়বসিদং থাদোক্লগ পুম্নমক থাদোকপ ওইরে। থবক তৌব নত্রগ মুঙাইব, ভোগ তৌব অসি "ঐ" হায়ব রাখল অসিদগী পোক্লকপনি।

২৫। সেবা তৌ, মুংশিনু, পীংথোকউ, ধ্যান তৌ। মসি শুলি ওইন মুংজিল্লব সাধনা অদুনি। অক্ষব ওইয়ু। অক্ষব তৌ। নোম্লুকউ। পুকচেল চাউথোকউ। মসি থ্বাইদগী রাংব সাধনানি। "ঐ অনি কনানো ?" হায়বদু থিয়ু। অদুগ নশাবু থঙভু। থঙভিব মহাক অদুবু পুথোকউ, উরিব মহাকপু পুথোকউ। সাধনাগী মরুদি মসিনি।

২৬। জীবন মুক্ত অম হায়বসিদি মনীংতম্লব অশিংব অমনি। মহাক্তি হিংলিব পুন্সি অনিমক্তদ মনীংতম্ব ফং- লবনি। মহাক্তি অপুনব পুম্নমক্তী মরী ককথৎলবনি। মহাক্তী পুক্লিং হায়ব অম অমুক লৈত্রবনি। মহাক্তি মপুঙ- ফাক মনীং তম্লবনি। মহাক্ত মশাবু ব্রহ্ম নত্রগ অথোইব জ্ঞান অদু ওইন মশক তাকই। মহাক্তি হকচাং অসি ওইন মশক তাক্তে। অপঙব, অপাম্ব, অশাউব, মিহৌব, ওইজ- থিব, চাউথোকপ, অপাম্ব, পামদব, হরাওব অমসুং অরাক- শিং অসিদগী মনীং তম্লবনি। অরাব অমসুং মুঙাইব, থাগৎপা অমসুং চৈব, ইকাইথুম্নব অমসুং ইজৎ মাঙব,

ব্যবহার তৌব অমসুং তৌদব খুদিংদ চাং মান্নন লৈরবনি। মহাক্তি মান্নন উব মিৎয়েং অম লৈরবনি। মহাক্তি ব্রহ্মগী অখোইব জ্ঞান অদু লৈরবনি। মহাক্তি ব্রহ্ম-জ্ঞানি অমনি। মহাক্তি ব্রহ্মবিদ নত্রগ ব্রহ্মবু খঙলবনি। মহাক্ত নঙগী চিংনব পুম্নমক কোকহনব ঙম্মি। মহাক্ত চুম্নদং লৈবদ নঙোন্দ খোইদোক্ত য়াংখৎপ অমদি খৌইনশিন অম ফাওরকনি। মহাক্ত মকম খুদিং মুঙাইব অমসুং শান্তি শন্দোকই।

২৭। মহাক সমাধিদ লুপখিব য়াই নত্রগ সাধারণ মীচম অমগুম্ন থবক শু-নোমদুন লৈব য়াই। মনুষ্যদদি "ঐ সাক্ষীনি" "ঐদি থবক তৌদব (অকর্ত্তা)"নি। "ঐদি মহাও লৌদব (অভোক্ত)" নি হায়ব ভাব নত্রগ পুক্নিংগী ফিবম অসি লৈগদবনি মরমদি মঙোন্দ ব্যক্তিগত নত্রগ অপঙব হায়বদু লৈত্রবনি।

২৮। মহাক্তি গুণগী য়াংমদনি। মহাক্তি সত্ব, রজ, তম হায়ব গুণ অহুম অদুগী য়াংমদ লৈরবনি। মহাক্তি ত্রিকাল-জ্ঞান নত্রগ মতম অহুমগী জ্ঞান লৈরবনি। মহাক্তি লোইনমক খঙলবনি। মহাক্তি অঙাং অমগুম্ন অভোপ্প-শিংন পীরবশিং অদুত লৌবনি। সংসার অসিবু মহাক্ত ড্রামাগী শিন অমগুম্ন উরবনি।

# অধ্যাত্মিক্কী মরু ওইব
## পাউত্তাক ঙুন

১। সুতিগী অয়ুক পুং ৪ দ হৌগৎলু। মসি ঈশ্বরদ ধ্যান তৌজনবগী খাইদগী ফরব ব্রহ্মমূহুর্ত্ত হায়বদুনি।

২। আসন : নোংপোক নত্রগ অরাং ওন্দুন পুংখাই অম জপ অমসুং ধ্যান তৌনবগীদমক পদ্মা, সিদ্ধা নত্রগ সুখাসনদ ফম্মু। মথং মথং পুং ৩ ফাওব মতমদু হেনগৎলু। ব্রহ্মচার্য্য অমসুং হকচাং ফনবগীদমক শির্ষাসন, সর্ব্বাঙ্গাসন তৌ। চাং নাইন চৎপগুম্ব হকচাং সাজেন মচা অম শাগো। প্রনায়াম কুললক তৌ ।

৩। জপ : ওঁ নত্রগ ওঁ নমঃ নরায়ন, ওঁ নমঃ শিবায়, ওঁ নমঃ ভাগবতে বাসুদেবায়, ওঁ নমঃ সর্ব্ব ভাবয়া নমঃ ; সিতারাম, শ্রীরাম, হরি ওঁ নত্রগ গায়ত্রিগুম্ব নঙন পামজব নত্রগ হৈনজব অম সুতিগী ১০৮ দগী ২১,৬০০ ফাওব শোল্লু। [২০০ মালা × ১০৮ = ২১,৬০০]।

৪। চিঞ্জাক্কী নিয়ম : অশেংব চিঞ্জাক [শুদ্ধ অহার] চাও। মোরোক, মঙ্গে, তিলহৌ, চনম, অশীনব পোৎ, থাও, হঙ্গাম অমদি অয়াকপনচিংব চাগনু। চাং হম্বন চাও (মিতহার)। চাকখাও অদু পীকথন্ন চাশীনগনু। নপুক্লিংন য়াম্ন

পামজব চিঙ্গাক অদু চহি অমদ থা মথায় অমদি থাদোকউ। অচম চিঙ্গাক চাও। উহৈ অমসুং সঙ্গোমদ ধ্যান তৌবদ তেঙবাঙই। চিঙ্গাক অসি হিংনবগী হিদাক চাবগুম চাও; মহাওগীদমক্ত চারবদি পাপ্নি। থা অম চুপ্প থুম ১সুং চিনি থাদোকউ। চাক, হরাই অমসুং তলদ অমেৎপ য়াওদন চাবসু তম্মু। হরাইদ তোঙাম থারুব থুম অদুগ চা, কোফি নত্রগ সঙ্গোমদ থারুব চিনি তোপ্প অমুক ভানগনু।

৫। তোঙানব ধ্যানগী কা অম শো পান্দূন থম্মু।

৬। দান : নঙন ওম্ব মতুং ইন্ন নত্রগ লুপাদ পৈশা তরাদাংগী চাংদ থা-খুদিংগী নত্রগ মুতিগী ওইরবসু চাং নাইন দান তৌ।

৭। সন্ধ্যা : গীতা, রামায়ণ, ভাগবত, বিষ্ণুসহস্র-নাম, ললিতা সহস্রনাম, অদিত্য হৃদয়, উপণিষদ নত্রগ যোগ বসিষ্টনচিংবদু মুতিগী নিয়ম নাইন পুংখাই. অমদগী পুং অম ফাওব পাও অমসুং মুন্ন রাখল তৌ!

৮। জীবণী শক্তি বির্য্যবু য়াম্ন, চেকশিন্ন য়োকউ। বির্য্য অসি বিভুতিনি (মশক নাইব নত্রগ ফোঙদোক্লব ঈশ্বরনি) বির্য্য অসি শক্তি পুন্নমক্নি। বির্য্য অসিদি পৈশানি। বির্য্য অসি পুন্সিগী মরুনি, রাখলনি অমসুং জ্ঞান্নি।

৯। প্রার্থণাগী শ্লোক খর, স্তোত্র খর চীনফা পু অদুগ নঙন জপ নত্রগ ধ্যানগীদমক আসন ফমত্রিবৈদ শোন্নু। মসিন পুক্নিং অসিবু থীন্দন হৌদোকনি।

১০। ভক্তন সৎ-সঙ্গ (অশিংবশিংগ ভিন্নব) তৌকো। মৈথু থকপ, শা-চাব অমসুং মু থকপনচিংব কভব সর্পশিং মপুৎকান থাদোকউ। কভব নমচৎ অমম য়োকবৎকনু।

১১। একাদশি নুমিত চক্ষা হেন্নু নত্রগ উটৈ অমসুং সঙ্গোম থক্‌নু লেন্নু।

১২। নঙকশমদ নত্রগ ফুরিৎ-খাওদ নত্রগ নুমিদাং মোন মথাদ মালা অম থম্মু।

১৩। নুভিগী পুং অনিদং মৌনব্রত তৌ (ৱা ঙাওগনু)।

১৪। ৱা ঙাওবগী নিয়ম : মমল পুন্নমক পীদুনা অচুম্ব ঙাঙ্ঙু। ৱা খজিক্কং ঙাঙ্ঙু। নু শিন ঙাঙ্ঙু। 'মিঠা ভাষণ'।

১৫। নঙগী অপাম্বচু চাং হন্থহন্নু। নঙগী ফুরিৎ মরি লৈরবদি মচু মশীং অহুম নত্রগ অনিদ হন্থহন্নু। অপেনব, নুঙাইরব পুজি অম লেন্নু। কান্নদবদ ৱাব থাদোকউ। চম্ম লেনব অমসুং ৱাংন খনব পুজি অম লেন্নু।

১৬। কনাগুম্ব অমদ অৱাব পীরুগনু। (অহিংসা পরম ধর্ম্ম)। নুংশিবিব, ঙাকপিব অমসুং থৌজ্জালবিব হায়বসিন অশাওববু লাকশিন্নু।

১৭। মীনাইশিংন সেবা তৌব ঙাইগনু। ইশান সেবা তৌজব হায়বসিন ধর্ম্ম পুন্নমক্কী খাইদগী ৱাংবনি।

১৮। সুংথিলগী মতমদ নঙন তৌখিব অরানবশিং অদু নঙন ফমুং চঙদুন তুম্লমদাইদ থম্লু। বেঞ্জামিন ফ্রাঙ্কলিন্না তৌবগুম্ম সুতিগী রুটিন অমসুং নশাগী অরানব চুমথোক-চনব রেজিষ্টার অম থম্মু। হৌঙ্রব অরানবশিং অদুগীদমক অরাব তৌরুগন্নু।

১৯। অশিব হায়বদুন মিকুপ খুদিংগী নঙগী অচেংব ঙাইদুন লৈ। নঙগী নথৌ তৌবদ কদৌঙৈদসু মায়থীহনগন্নু। অশেংব লমচৎ নাইয়ু (সদাচার)।

২০। নঙন তুম্মমদাইদ অমসুং ফমুংদগী হৌগৎলকপদ ঈশ্বরবু নিঙশিংঙু। ঈশ্বরদ নশাবু মপুঙফান কথোকচৌ (সরনাগতি)।

মসি অধ্যাত্মিকী সাধনা পুম্নমকী মচি অদুনি। মসিন নঙবু মুক্তি ফংহনগনি। নিয়মশিং অসি নত্রগ অধ্যাত্মিকী থৌরমশিং অসি চেকশিন্না ঙাকহল্লি। নঙগী নপুক্লিংদ কোমথোকহল্লোইদবনি।

## অন্নানব [illegible] ।

| লামায় | পন্নেং | অন্নানব | অচুম্ব |
|---|---|---|---|
| ৬ | ১৬ | লৈরম্মী | লৈরনি |
| ৬ | ১৬ | মণ্ডন | নণ্ডন |
| ৮ | ৪ | চণ্ডশিল্ল | চণ্ডশিল্লু |
| ১৩ | ১০ | শিম্নহল্লু | চাশিম্নহল্লু |
| ২৪ | ১ | স্বার্থ-ত্যাগ | স্বার্থ |
| ৩৮ | ১৩ | ভুংইম্ন | মতুংইম্ন |
| ৪৪ | ৬ | তোরুদন | তৌরুদন |
| ৪৭ | ২ | তক্কচরুম্নু | ভুক্কচরুম্নু |
| ৪৮ | ১২ | ভাইরি | ডাইরি |
| ৬১ | ১৬ | হোগংলো | হৌগৎলো |
| ৭৩ | ১৭ | চেদ্বু | চৈদ্বু |
| ৭৯ | ৭ | অমস্থ | অমস্থং |
| ৭৯ | ৮ | পুকলে | পুকচেল |
| ৭৯ | ১৮ | য়েঙ্ | য়েংঙ্ |
| ৮১ | ৪ | খোরাজো | খোরাংজো |
| ৮২ | ২ | লমজীবিব | লমজীংবিব |
| ৮৩ | ৯ | খুদিমক | খুদিংমক |
| ৮৬ | ৬ | ব্রাহ্মামুহূর্ত্তদ | ব্রহ্মমুহূর্ত্ত |
| ৮৬ | ৯ | ঈশিদ | ঈশিংদ |
| ৮৬ | ১৩ | ব্রহ্মামুহূর্ত্ত | ব্রহ্মমুহূর্ত্ত |
| ৮৮ | ১৩ | লম্বীন | লম্বীনি |
| ৯৯ | ৭ | ৪শুব পন্দুপ | ২শুব শরুক |
| ১০৮ | ১৩ | থেংনগনি | থেংনখি |
| ১২৩ | ১০ | সুশিন | সুংশিন |

ঋতুন য়েকপা : শ্রীঅরিবম একান্ত শর্মা
চীংঙা মথক, য়ুম্নাম লৈকায়, ইম্ফাল।

ব্লোক শাবা : মিতম শঙ, বাবু পাড়া ; ইম্ফাল।

## মৈতৈলোন্দ কোঙলব

## স্বামী শিবানন্দগী লাইরিকশিং—

১। স্বামী শিবানন্দন অসুম হায়রমই,— লুঃ ২৫·০০

২। অধ্যাত্মিকী য়ারী থর— লুঃ ৬·০০

## লাইরিক ফংফমশিং—

(ক) সিংহস বুক ষ্টোল,
পাউনা রোড, ইম্ফাল।

(খ) দি ডিভাইন লাইফ সোসাইটি, ইম্ফাল,
ও, কেঃ ষ্টোর, পাউনা রোড, ইম্ফাল।

(গ) ওয়েষ্ট বুক ষ্টোল,
শীংজমৈ বাজার, পোঃ আঃ শীংজমৈ।

(ঘ) প্রাইভেট পেন ফ্রেণ্ডসিপ সার্ভিস,
শীংজমৈ রাংম পুখ্রম্বম লৈরক, ইম্ফাল।

(ঙ) গীতা প্রেস,
শীংজমৈ বাজার, পোঃ আঃ শীংজমৈ।

(চ) ইম্ফালগী অতোপ্প লাইরিক ফংফমশিং।

নম্ফম :— দি মণিপুর গীতা প্রেস, শীংজমৈ বাজার।